# লৌনম

লেখক ঃ

শ্রীলোইতোংবম কালাচান্দ সিংহ

ফোঙবা

ওঃ কেঃ ষ্টোর

ইম্ফাল।

 [ মমল লুপা ২৲

# 'লৌনম'

## খাহৌদোক

ঐনা "লৌনম" হায়বা ড্রামা লাইরিক মচা অসি ইজবা মতমদা শ্রীযুক্ত লাইশ্রম নেত্রজিৎ রূপমহলগী, এক্টর উক্ত ভদ্রলোক অসিদা ড্রামা "হিনস" অমস্তং প্লোটনচিংবা খরা হংজৈ মাদুদা উক্ত ভদ্রলোক অসিনা য়াম্না হরাও হরাও তাকপিদুনা লাইরিক মচা অসি ইজবদা য়াম্না মতেং ওইখি; মরম অসিনা ঐনা তৌবিমল উক্ত্না উক্ত ভদ্রলোক অসিবু থাগৎচরি, মতুংদসু উৎসাহ পিবিনবা নিংশিংজরি।

হায়রিবা লাইরিক মচা অসি থ্বাইনা মতিক চায় চাদে থিবীদনা থুনা stage তৌবিরবদি খরদং ইজমলগী মহৈ য়াল্লে হায়না আশা তৌজে। ইতিঃ—

ইম্ফাল,
তাং ৬।৭।৪৭ ইং

খংজব্রবাঃ
শ্রীলোইতোংবম কালাচান্দ সিংহ

# রাহৈ থরা

"লৌনম" কৌবা নাটক অসি তাং ১৬। ৭। ৪৭ ইংদা "রূপমহল আর্টিস এসোসিয়েশননা ইহান হান্না" রূপমহলগী স্টেজদা উৎশিখি। শো অমুক্তা নক্তনা চামরক হেন্না উৎংঙবা প্লেনি। চহি তরাহুমদোই চুপ্না উৎথবা তুংদা শোক ১৯৬০ ইং ফেব্রুয়ারী তাং ১ দা "দি নোর্থ ইম্ফাল মণিপুর যাত্রা মণ্ডল" না অমুক নৌবৌনা মীতৈ খুল লৈকাই লাম্না শুমাং, লমহাং, লীলা শাননবা য়াবা মফম কয়াদা উৎখি। প্লে অসিগী উৎখিবগী মশীং থারুবা ঙম্বা নত্তে।

"লৌনম প্লে" অসিগী ইহান হানবা কুমথিবা আর্টিসশিংগী কাসটিং মথংশিংনা মখাদা উৎচখিবা অসিনি।

তাং ১৬। ৭। ৪৭ ইংদা কুমথিখিবা রূপমহলগী আর্টিসশিং

## নুপা

১। মুখ ... ... ... ... শ্রীএম, বীরসিংহ

২। প্রমোদ ... ... ... ,, আই, নবকান্তসিংহ

৩। মধু ... ... ... ... ,, এচ, নীলমনি সিংহ

৪। নব ... ... ... ... ,, সিএচ. রাজেন সিংহ

৫। ইশৈহনবা ... ... ,, সেলুং সিংহ

৬। তাঙাং ... ... ... ,, আর, .ক, বিজয় সিংহ

৭। পুংয়ৈবা ... ... ... ,, চন্দ্রবদন শর্ম্মা

৮। তানথাবা ... ... ... ,, কেএচ, রনজিৎ সিংহ

৯। জজ ... ... ... ... ,, সিএচ, নয়নচন্দ্র সিংহ

১০। পেস্কার ... ... ... ,, রাই, কুঞ্জবিহারী সিংহ

১১। পুলিস অফিসার ... ৺ রাধামানবী

১২। রাডর ... ... ... ,, চইত্রোম লুখোই সিংহ

১৩। চপ্রাসী ... ... ... ৺ মণি শর্ম্মা

১৪। কোনস্টেবল অনি ... বাহাদুর অমসুং ৺ লুখোই

## নুপী

১। মণি দেবী... ... ... বিমলা দেবী

২। চাউবী ... ... ... ... রাধে দেবী

৩। চন্দ্রসখি ... ... ... বিনোদ কুমারী

তা° ১।২।৬০ ইংদা "দি নোর্থ ইম্ফাল মণিপুর যাত্রা মণ্ডল" না অহানবা "লৌনম" প্লেদা পার্ট কুমথিখিবা —

## নুপা

১। মুখ ... ... ... ... শ্রীরাহেংবম বাবুসিংহ

২। প্রমোদ ... ... ... ,, মংসিদম বিনোদকুমার সিংহ

৩। মধু ... .. ... ... ,, অয়েকপম ইনাকখুনবা সিংহ

৪। নব ... ... ... ... ,, নাওরেম শামুঙৌ সিংহ

৫। টৈশেঙনবা ... ... ,, লাইশ্রম লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ

৬। পুংঙৈবা ... ... ... ,, লাইক্রাকপম থোইবসিংহ

৭। তানথাবা... ... ... ,, ইরেংবম ইবোতোম্বী সিংহ

৮। জজ ... ... ... ... ,, লাইক্রাকপম থোইবা সিংহ

৯। পেস্কার ... ... ... ,, লাইশ্রম লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ

১০। পুলিস অফিসার ... ,, মুতুক থম্বালঙৌবা সিং

১১। কোনস্টেবল... ... ,, চিংশুবম নিংথেমজাও সিংহ

## নুপী

১। মণি ... ... ... শ্রীতাইয়েনজম রূপচন্দ্র সিংহ

২। চাউবী... ... ... ,, কাঙুজম অচৌবী সিংহ

৩। চন্দ্রসখি ... ... ... ,, লৌসিগাম মনীচান্দ সিংহ।

থাইগী—

শ্রীকালাচান্দ সিংহ

য়ুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল।

# লৌনম

## অহানবা অঙ্ক

### অহানবা উৎবা

### চৌংয়াগী দৃশ্য

[ নবসিংহ মথুংতা Suit Case অমা পায়দুনা লাকপা ]

নব— মীওইবগী পুন্সি অঙকপনি, অহল লম্মন্না হায়নবা "মীওইবা হায়বা অসি খুবাক খুনমদনি" মসিবু ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা ৱারেম ওইনা খল্লমই। মমল লৈগ্রবা ৱা ওইরে। চুমই খুনাক্কগী খুনম ওনথমুক থুই। অঙাং নৱা অমনি খনজরমই, ইপা-ইমা অদুনা কোনবিরিঙৈ কাল অদু। ইস্! মীওইনা পানবা ৱাই ৱাই হাইবসিদি হিংনবা হোৎনববু ৱাবা ওইরে। ইপা-ইমা লৈরিঙৈ অমগী শাইগং-শয়াদা লৈজরুরে, মনা মণিন নাইরমদে হৌজিক্তি কদায়, লম্বীদা ইথন চৎচবা ফাওবা মীন ঐবুতা য়েংবগুম তৌরি, ইপা-ইমা নহান মপোক্না মীরাইরকপনা হন্দক মপোক্না ঐনা ফংলরিবা দশানি। ঈশ্বরনা তম্বা, পুবা মক্ষমদা চংপ হাইবদুনি, য়াবিরকলে ফরে, য়াবিরকত্রে ফরে, ইস্, ৱাখ্রেদা! ভাইহাক্তং পোথাখিগে।

[ উথোং অমদা পোথাদুনা হিপথবা ]

মণি— [ লাকপা ] [ ঈশিং শোকপগী ফিজোন, মুমিদাংবাই মী লৈ খংদদুনা মম অমা মুংঙাইনা ঈশৈ ঙংদুনা চংলকই, মতু নবনা উরে অদুগা তুমশিন্নগে, মতো য়েংনবা ]

"ঈশৈ"

চীংজাও লান্না পাইরকপা
শকখংদবা খোঙমুও !
লৈরাং লৈকা তম্লকপদি
লম্মুকনরবরা খ্বাংজেংবা !
লমদম তাম্না লাকপনা
লোইবী কয়া লাল্লকপনা
খোইমু শাগল চোক্লদুনা
মালেম লৈদা তারবরা ?
নিংবা কাইবা চেংলোনা
মাইকৈ তরা য়েংলিবা
ইঙাই থকী চেক্লাগুম
মুংাশ মপাওবু ঙাইবরা ?
খ্বাংজেংবা নংদা নত্তেদো
লৈরাং মানা চাকপদি
মুংশি মপাওদি ফংলগা
মানজ চেংলোদি উত্রেদো ।

[ ঈশৈ লোইরগা মী লৈ হায়বা উরদুনা ইকাইরে থুনা হন্না য়েং য়েংদুনা চৎখিগে তৌই, নবনা তাল, চানা থামদুনা ]

নবসিং— ইবেম্মা লমদম লাপ্পা লাক্লবা ঐনি, ঈশিং খুজোক অমতা পিথকলমউবা।

মণি— অম্ুক চাওবা পুখ্রি মপালদা মীগী মতৌ লোম্না য়েংহুনা লৈরম্লবা মক্তদা অমুক ঈশিং থক্কে খাম্মীবা অসিবু! কয়ম্বা মীনো? [শোন্থাংননা]

নবসিং— ঈশিং খুজোক অমতং থকচগে নিজবদা অদু য়ৌনা শাও-বিরবদি, সুপী ওইবী হায়বিসিদি অনৌ-অপেনগী তুংনকমনি হায়নবা অসি লানবা তারিবোইনা।

মণি— ঈশিং খুজোক অসিবু লিকপা নক্তেয়ে নিপানি কুমহুনা থকউদনা।

নব— মাইথোং উজবদদি মনিং তমলিবী নিংঙোল লৈরাং ওইনা উজে, অদুগা তাকপিখিবা ব্রাহ্মণদি মীথ পোল্লবী মৌগী-শিংদা চল্লবী লৈরাংগুম, মী ওৎকনবা, নিপাবু য়াম্না শাওনা তাকপিরি।

মণি— নিংঙোল ওইরে মতোল্লি, মৌ ওইরে মচিল্লি, অদুতগী হাই-বনে, সে, সে থকওরোসে মতা অর্মনি।

[পিথরুবা থোরাং তৌই]

নবসিং— থকচরোইদা ঈশিংসে, নিপা সুপী ওইবা হাইবসি হৈরাং অমা লৈরে খাইনবা, লৈরাং অমা লৈরে লান্নবা, মহৌশাগী হৌনবীনিদো। ঈবেম্মা ঙসি ঈবেম্মবু এনা থরা ওৎচরে। মতম অমদা—

মণি— চৎলগে থকঅরোসে!!

নব— অওইবা য়ানি ঐ থকচয়রোই।

ম'ণ— করিনো চান্নবু শাওরবোইনা , মীনা ঈশিং থক্কে হাইরগা শিথকতবসে য়াম্না দোষ চাওই হায়নৈ, ঐভোন্দা দোষ অদু পিবিগে থৌরাং-লিবরাও।

[ শাওরপা ফেৎ হাইদোক্লুনা চৎলি ]

নবসিং— হৈবিরো ইবেম্মা থক্চরগে, ইবেম্মনা পুগদবা দোষ অপুম্বা থকতোকচরগে।

[ কোইরু ও তৌদুনা ঈশিং থকপা হাসিন্নবা, তুথবা মণিনা পাক্তদুনা ইশিং স্নাবুল থমদুনা পাক পায়দুনা কোংখৎসি ইকাই, কোনখৎকন্নুসি কী, রাডুনা ভহাক লৈরম্লগা মকোক কোনখৎতুনা, ভহাক লৈবা নবগী মমিৎ উবদগী ফাগিনি খংখিদুনা শাওমা থাদরম্লগা নাক্তগী স্নাবুল পাইখৎতুনা ঈশিং রা-রা কৈথবা অদুগা ]

মণি তস, পেন্না থকও! [ অসি হায়দুনা চেনখিবা ]

নব— [ ফিংনা হৌগৎতুনা ] কয়া শাথিনা ভাওখুবনোসে ফজখ্রেদা। মতমসিদা অরাপ্পদগী "মুখ" সিংহ ষণ তানবগী খোঞ্জেল তারকই "হৈ" "হৈ" হৈন হাই অর অর, চংলকয়ে নবগা মুন্না য়েংম্নৈ, মুখগী ফিজেৎ অদু নবনা থংবা রারে ]

মুখ— নব নত্রানে সিবো!

নব – ঐবু।

মুখ – নত্ত্রবরনে মান্নখ্রেদা।

[ হেন্দোক্তুনা চৎকে তৌবা ]

নব— ঐ শক মুন্না খংজদ্রে অ৩গা মীংদি নব কৌজৈ চুমই।

মুখ · এলাংবম ইতাওনা পোকপা নল্লনে নংবো।

নব— মানি।

মুখ— য়োং অসিগা, নপাবু খংদে।

নব— পাজি মুখ।

মুখ - মানিনে অঙাওবা। কদোমদগীনোনে নংনা ফাওরকলি-বসিবে। করিগীনো নফিকা ইচোৎ চোৎলিবদুনা।

নব— ঐ পাজিগী নাক্তা লাক্লবনি, ঐ লৈফম লৈত্রেনে পাজি।

মুখ অঙাওবা ঐনা নহান্না মহায়রমই, কদাইদগী নংগী ইম্ফাল কংলৈ অত্তদা নংনা লৈবা ঙম্বা পোৎলা, কদৌরগেনে নফি চোৎলিদুবু।

নব— ঈশিং থক্কে তৌবদা পুখ্রিদা তারিব!

মুখ— লাকও ঃ লাকও ঃ চংঙসি কয়া কুইরে লংফৈদগী থোক্লকপা।

নব - কুইদ্রি।

[ চংখিবা ]

"লাইট"

---

১বা অঙ্ক

অনিশুবা উৎপা

"মাঙ্গোল"

[ কনা অমতা লৈরগদে, মতম সন্ধ্যা মমলে, মুখনা মাং থাই, নবনা ভুং থংই, চংঙকলে ]

মূখ— ইাশা নখোই কনা লৈ! [ নবদা ] লাও, লাও, [ ইমুংদা ] হাই মৈ অমা পুথোক্লকউনে হাই [ নবদা ] ফমউ, ফমউ, ইপা মৈ লৌথোকউখিগে। মুপীমচা [ইমুং চংখি, নব ফমথে] [ ঙাইহাক লৈরগা ম ণ থোক্লকই লালতেন অমা থানগৎতুনা পাইরকই। "নবনা" য়েংথোক্লকপগা "মণি" না থোক্লকপগা হেক মাইয়োক্লকুরে ]

মণি— [ খংদোক্ত করিবোই ] হৈমা! [ ফিংনা ইমুংদা চেনশিনগে চৌবদা মূখ থোক্লকপদা খংশিন্নদবা শাদুন লালতেন অদু থোংজিন ময়াদা থমদুনা খুকম্বা "নবনা" থিক, থিক নোকই]

মূখ— হো, হো অদু লোইরগা থাংমৈ অদু নবুংগী নাক্তা থম্বীরমলো অদুগা নবুংগী খুদৈকা খরা পুথোকলকউ. নবুং অসি ঈশিং থকপা কুম্বদা পুখ্রিদা তারুরে হায়দুনা মফী মরোল ইচোৎ চোৎলে, [মণি মরৈ তমদুন ইমুং চংখ্রে ] অতো নফী নরোল চোংদোকলো। পোথাও করিস্নু কোইনু ইচাসিদি [ইমুংদা] হাই ইবেম্মা মখোং মখুৎ শেংদোকনবা ঈশিং থরা লূম্বীয়ুসে [ফমথবা] নুংশিখ্রবা ইচানিনেসে ইতাও লৈরগদি কয়ানো নুংঙাইজগদবা।

নব— পাজি!

মূখ— অসি ঙাক্তনি ইচাশা! ইতাওনা লৈখিদবা অসিদি নংতগী মাংবা নত্তে ইবুংঙো, ঐখোয় খ্বাইগীস্নু খুৎ তেকলিবনি, বা অমত্তং থোকপদা করিগুম্বা অমতং তান্নবদা। [ মপান্দা য়েংদুনা ] ইসে ; মসিগী শমুক অসিদি জাৎথিখেদা কদাইদা

লিথোকলকইবনোসে, থোরিগা খাংবা ঙমপোৎনঙেনেসে।

[ চৎখি ]

নব মফম অসিদা অমুকস্তু েংনররবা ঐগী ইচন ওইনা।

[ মণি থোক্লকই মমৈ ওইনা ৱাহৈ খরা অসি তাখ্রে মখুৎতা ঈশিং বালটি অমা পাইরকই ]

মণি – ঙসাইনা ঈশিং স্নাবুল অমনা চাইথরম্লবা মক্তদা অমুকস্তু খোং হামখিদোরিবোরে মী ওৎনবা চংঙকপা মীবু, পাজি অসিনা হেক।

নব— শাওররবরা ইচনবু ! ইপাগী মরূপনি পাজিসে অদুনা লৈফম লৈজদ্রবা ঐগাক্লা নোংমা নিনিদং ভুংজগে লাকচবদি, ইচননা ৱাগদ। ইচনবু ওৎকদবা লৈরবদি ইবুং চৎলনিদনা।

[ হৌগৎপা ]

মণি— অরানবনা অচুম্বা শানবা লাক্লবা অদু ফারবা অদুদা লৈবা য়াদ্রবোইরে নিপা অমখক।

নব · থাংনা শোকপা মফমদা থুম চাইবিরদো অমুকস্তু, লৈরাংগুম্না নৌই মাইথোংদি অদুবু পুকচেন্দি গুন্তোক্লা কনখ্রে ! [মফি মরোল খরা লোইশিল্লি ]

মণি— প্রমাণ-পাষ্টে হৈতেয়ে ঐখোইদি, করি অমুক লাম্মোকচখো হায়বগে সে ঈশিং অসি লোহোরো। পাজি লাক্লগা অমুক্ ঙাংলখিনি।

| | |
|---|---|
| ফ্রৌ শুরু | ঈশিং লুমউ |
| হয়িং হুম্মো | লৈ হেকউ |

চাক থোংউ
ফম থারু
য়াহৌ ঙল্লু
শঙ্গোম য়াবো
চাক থাংদোকউ
কোল্লিক ফেংউ
য়ুমদগী চৎথোক্কনু

নুরা নল্লু
হিদাক হাল্লু
রাই তৈয়ু
লাইপোৎ লৌশিল্লু
লুখাক শেংউ
রাই শিচিল্লু
শল তাল্লু

লৈকায় কোইনু! মথং মথং শিদ্রিফাওবগী থবক শিন্থরক্কদৌনি।

নব— [ ঙককুনা তারগা ] থবকনা নুংশিৎমুক কুংনা লেংখ্রবা পোৎ ওইরেসিদে, অদুদি ঐনা অমুক ওৎপা চুমদেদনা ফরে-ফরে, চৎচরগে ]

[পোৎয়োম অদু পাইখৎপা চৎকে তৌনা, নব চুরুট অমা চমদুনা থকই ]

মণি— [ পোৎ অদু পাযদুনা ] চৎলো হায়বা নত্তেয়ে, হৈমা! করিনো মতা অমণিনে হায়। উঃ চুরুট মনম অসি তৈনখিদ্রে. মখোই নিপাগী চুরুট থকপি হাইসিমা।

[ নব রা ঙাংদনা হাইদোক্কুনা চৎপা খোংথাং ১। ২ কানবা]

মণি— [ ফিংনা ] হো প জি! পাজি! হো চৎখিদ্রোরে।

[ পোৎ পায়দুনা খামদুনা ] সে চৎখিনু হায়মি।

নব— লৈফম লৈজদ্রিবা ঐহাকনি। মতম লৈরিভেদা থিজহৌগে [ হাইদোকপা ] [ চুরুট মৈথু অমুকসু নম্বা মণিনা ]

মণি— উঃ চরুট অসিদি হৈনখিদ্রে হাইবা [ মমিৎ নোইবা ]

নব— ওঃ চরুট থকপা অসি য়াম্না হৈনবিদবা ওইরে, ওসিমখৈ থক্লম্লোই ! [চরুট নৈহৎপা]

মুখ—[মপান্দা] মসিগী শামুক অসিদি জাৎ থিখ্রে। [নব+ মণিগী মওং অদু উবদা ] করিনো ? হৌজিক ফাওবা নক্কি নয়োল হোংদোকত্রিবম্না কদাইদনো অমুক চৎকদোগুম তৌরিবসিনা।

নব— সিবী !

মণি— ঐনা পুনশিনগে হায়বা য়াদ্রিবা। [ মমিং কোইরু কোইরু য়েংই নবদা অমসু মপাদা ]

নব— [ ওকচানদুনা ] ঐ পুশিনগে হায়দুনা ... ... ... ।।

মুখ— নচনবু পুশিনহল্লুনে – ইমুংলোমদদি চংদ্রদুনা শুমাংলোমদা থোকলকইবা অসিবু করিনো ?

[ মণিনা পোৎ নবদগী নমদুনা লৌবা অদুগা নোকফেৎ তৌদুনা ইমুং চংগে তৌরি ]

নুপীমচা ইপাগী ঈশিং লুমউ—
হিদাক হাল্লু
চাক থোংঙু
নবুংগী চাক হাপপু
কোল্লিক রাইরম লোইথোকউ
য়াহৌ ওল্লু, থবক য়ামই।

মণি পাজিগী পাখোল পরেং লেংঙকলেদো, হুম ! [ মুশা. মণী হোনবা অমসুং চংখিবা ]

মুখ— করিনোনে নংনা ইকোই কোইরিবা অসিবো নিপামচা নব। নয়ুম নত্রনে করিনো ? ইতাওনা, ইতাও মুংশিদকো, ইবুংঙো নং লৈত্রবনি শায়তুনা নচানা ঐগীদা লৈনি হায়তুনা লাকইনেসে নং উত্রবরা ইতাও ! সি আঃ শাগৈনা মোকদ্দমা তৌতুনা উপ্তুনা ঐগী লৌরি যুমফম লৈরমদ্রবনি কো, নংননিকো ইতাও, ঐবু অমুক লৌরি যুমফম হঞ্জিন হল্লম্বা। ঐনা য়োক্কনিনে নব অসে. নোংমদোন ফিরুক হাংতুনা য়েংউকো ইতাও। নব লাও পোত্থারুরসি, নয়ুমনিনে ইবো, নপানা অমুক ইনৌ শৌনা পিরম্বা যুম ইংখোলনিনে সে।

[ নবসু মুখসু মমিৎ ইরা চেল্লে ]

"লাইট"

---

অহুমশুবা উৎপা

# প্রমোদকী যুম।

[ টেবল, চেয়ারদা ফমতুনা মশক শেম্বা ]

প্রমোদ— নারকনি, লৱাইনি চায়তুনা মকম অতুদা মহাকুম্বী মুপী লৈরমগনি থাজরুদে, লৈরাংমানবী মুপী কয়াগী মাইথোংসু উরে, মরাহে মপাওখোল কয়াসু তারে, মাগুম্বী কনা

অমতা থেংনদে। মশক মতৌ ফজবা, কিভম ফজবা কয়া কয়াস্থ থেংনরে, অমদা হেক্তা মরাৎলি, মশক য়াম্না ফজরবস্থ মরিন তাওই, মতৌ য়াম্না লৈরবস্থ মরাহৈ কল্লি, থৌনা ফরবস্থ ব্যবহার লৈতে অসিনচিংবা মরম পুম্নমক অসি অমদা নত্রগা অমতা হেক্তা ৱাৎপগুম তৌই, কদাই মাদি হাইরিবা মরম পুম্নমক অসি অমতা ৱাত্তবা, মসি অঙকপনি। মাগী মশক মতৌ নিংশিংলুরগা মোইরাং থোইবী নিংশিংলকই [ *মুংদা কৌতুনা ] নুপীমচা ডিয়ার মধু লাক্লগা ঙাইরমখো হায়যু [ চৎখিবা ]

চন্দ্রা— [ গোক্লকলে মবুংনা য়েংলম্বা মী শেলদা য়েংদুনা পাউডর নচিংবা থারে, মন্ নুংঙাইবা হৌরকলে ঈশৈ ঙংবদগী চাম্লা শকলকলে ]

"ঈশৈ"

ব্রজপুর? রাধা

[ ঈশৈ হেক লোইবগী অরোইবা Pause দা মধু চংলকই ]

মধু— হৌদোং লৈত্রদুনা উচি মখে লাংঙেদা।

চন্দ্রা ঐখোইদি নুংঙাইবা য়াত্রবরা? নুংঙাইবা পাম্বা ওলিয়ু নিপাদরা?

মধু— ৱা ঙাংনরবদি ঐনা শোত্থহৌরনি

চন্দ্রা— ওচুম্ববুদি?

মধু— কদাই চংখ্রে!

চন্দ্রা— থংদে!

মধু— অদুদি হল্লেদনা

চন্দ্রা— য়াত্রি।

মধু— করিননো।

চন্দ্রা— হেক লাক্লম্লগা হেক হনবা য়াত্রা ?

মধু— হায়বদি !

চন্দ্রা— হায়বদিকা খংদে।

মধু— অশেংবা তাররকবদি চাননানা ভখোইদা, চোপকনিদা মী অমা!

চন্দ্রা— পুকচেল লেপ্পা ভম্বাসিবু নিপাতরা মুপীগীদি শরুক থুংলম-
ত্রবরা ?

মধু— লেপ্পা ভম্মগত্রা ?

চন্দ্রা— হান্না হায়রমখো ?

মধু— ঐনা হংলিবনে !

চন্দ্রা— ঐস্নু হংইবনে।

মধু— তো ভমস্নু ভম্মোইদবদা !

চন্দ্রা - খংনরক্লন্নিদনা।

মধু— খংনবা ভাইবদা পোক ফাওরকলে, য়া তেক্লকলে।

চন্দ্রা - ভাইরমখো হায়রম্বনি।

মধু অদুদি থোকখ্রোনে।

চন্দ্রা - ঐ 'লৈবসি য়াম্না মুংভাইত্রবরনে ?

মধু— পুকচেল লেপ্তুবা মীগা লৈমিননবসি চিংনৈনে।

চন্দ্রা - পুকচেল লেপই লেপ্তে হাইবসি কমস্না খংগদগে। ভাইখো!
[ ইমুং চংখি ]

মধু— ৱা ঙাংবদা হৈ-শিংলবী চন্দ্রসখী করম্বা মতমদা ঐনা ঙাংবা ৱানা মাবু মাইথিহনসিগে হাইবা লেপ্পা ঙমদনা ঐ অসুম শিবা তারিবোইনা ঈশ্বরনা মতম ফনা পিরে অদুবু ঐনা ৱাঙাং হৈতবনা মরৈতা য়েৎনদুনা মতোকই, ঐসিবু ৱা ঙাং-বদি ইপা লৈত্রবোই খনজবনিদকো, অমদা হেকমক মাইথী হায়।

চন্দ্রা— [ চুরুট মৈখেৎ পুথোক্লুনা পিবা ] তাংবুংভো ফানবিয়ু। [মধু চুরুট লৌদুনা থকপা ] পুন্সিগী হোৎগলকপদা নিংবা থুংবগী আশানা কাইদোংফম ওইবসে পুন্সিগী পোলোয়দা কয়া নুংঙাইবা ফংগন্দে হাইবনি।

মধু— পুন্সিগী অহানবা মকোক্তা নুংঙাইবা, অরোইবদা অৱাবা, অসিনা মহৌশাগী ওইরবা, অদুগা অহৌবসু নুংঙাইবা অরোই-বসু নুংঙাইবা অসি করিগী য়ারোই মসিবু ওইথোক্লবরা ?

চন্দ্রা— অরোইবগী অদুতনি। পুন্সিগী অহৌবদা নুংঙাইবনা হৌরবদি মতুং ইনবদি অৱাবনা ওইরোইদরা, অৱাবগী মতুং ইনবদি নুংঙাইবনি, নুংঙাইবগী মতুং ইনবদি অৱাবনি, মাখোয় অনি অসিদি অমনা অমগী মমিনি, থানবা য়াবা নত্তে।

মধু— মাদুগীদমক্তি থোইদোকনা চিংনবিরুগনু, মমি তাবা হাইবসি অঙানবা অমা য়াওরগতনি। মমলবদি পোৎশক্কী মমি তাবা হৌনদে। তারবসু উদে তাদবগুমই। মমি তাদনবা হোৎ-নবিবা অসিনা ইবেম্মগী নথো মঙাল চংহনদনবা হোৎনবনা ঐগী ইথো।

চন্দ্রা - দাদাগী ৱাহৈ তাবদা পোকচমনগী মহৈ য়ানজয়ে অদুখু
পুক্লিং অসি ইইং ইংবা য়াদ্রি।

মধু- ঈশিং পুজরকউ হাইবরা ?

চন্দ্রা ঈশিংনা ইংহনবা ঙম্বা নত্তে।

মধু করিগীনোনে ?

[ প্রমোদ হেক চংঙকই ফিংনা মধুনা খবর কাগজ অমা টেবল মথক্ত লৈরম্বা পাশিন্নব মথক মখা ওন্ননা "করিগীনিনা" হায়দুনা ঈশৈ ঙংশিন্নখ্রে, চন্দ্রসখীনা "সিদা থমখিবনিদা" হায়দুনা পোৎ শিজিন্নে। টেবল ময়াদা প্রমোদ ভাব লোয়না থংখি " ]

প্রমোদ — করিনোনে ?

চন্দ্রা - মোজা লোন্নবা কাটা লৈত্রে, [ইকাইনা থোকখি]

প্রমোদ— কয়া কুইরে ?

মধু— থুংঙবদা মঙাইরি।

প্রমোদ - অতুননিদনা খবর মমৈ মকোক ওন্ন তৈন পারিবা।

মধু থুপচিল্লগে তৌবনি।

প্রমোদ— পাস্থ পাদনা।

মধু— মরূপ লাক্লবনিনা পাদুনা কান্নদ্রে হায়দুনা।

প্রমোদ - ঙাংনবা খরা ৱানি। য়ুমচংবা ৱা খরা ঙাংনসিনে।

মধু সজেষ্ট তৌবিরকউনে।

প্রমোদ য়েংউ মরূপ ঐগী ইচল অসি মপুং ফানা চাওরকলে, ঐ য়ুম পান্দ্রি, চানবা পুকৈ চোল্লি শিজিন্ননবা লনগে থল্লি অতুম ওইনমক মীওইবগী পুন্সিদা ঐখোইগী হায়বা মফম অমা থংদবদি।

মধু—মতম কুইরবগী তুংদা ঙসিদি ওন্থোকপা অরুবা ভাব অমগী ইপোমদা তাওশিনবিরকপেদনা—হায়থবিসি হায়থবিসি।

প্রমোদ অওইবনীনে খন্নসি হায়বা মুপীমচা অসি থাজথ্রগে—ঐস্থু য়ুম পাল্লগে অদুগা।

মধু—হায়রক্কনি নিংলমই, কনাদা থাজসিগে। কনাবু মনাও ইবেম্মা ওইসিগেদো।

প্রমোদ—ক্ষাগী নত্তে।

মধু—অদুবু হায়য়ু হাইবা মরূপকী থম্মোইগী মিংন্দা কনাগী মুংশি শকতম তারবগে! মশুংলাংগীদমক পুকনিং ইরাং হৌবসিবো অচিকপা লমদোলদা ফমতুনা রাখলগী পুরাণ ফাক্তুনা তরা থোকনা খন্নগনিদনা করম্বা লৈকোন্দা শাৎ-লিবগে থম্মোই লৈরাং অদুবু মরূপকী? শিংেল লৈশক খংলবরা, লৈরাংগী পূক্লিং হুরবরা?

প্রমোদ রাহং অসিতদা পুকনিং শুমহৎহল্লিদকো হে মরূপ! লিজগে অদুদা ঐগীনা হানগদরা নত্রগা—।

মধু—ইচনগীদমক্তি খনবিরুস্নুদা! নিঙোল ওই ব ইচলনি মপুক্লিং তাবা কনানো পেৎনা নৌমা হংলগা মরূপ লৈরে ঐ লৈরে, ইচনগী করি রাৎকদগে? তরা থোকনা হায়দুনা ঐখোইনা পিনিংবা নিপাদা কৎকনি মদুদি ইখুৎতা লৈবা রানি হায়বা। মিথুৎতা লৈখিবা শিংদা চল্লবী মনাও ইবেম্মা ওইদোরিবী শানোংমগী রারীতুম তাখিসি হাইবা।

প্রমোদ মরূ না নোকনগদরা করিনো লমদি খরা চৎথখরেনে।

মধু লমনা মশক নাইবরা? মীনা মীশক খনবরা? শিঙেল মকোক থম্বালবু হোফম য়েংদুনা মগুণ খাৎপরা? বাতুগী মকোক সনাবু ফংফম থিদুনা হস্থবরা?

প্রমোদ ওকলে ঐবু অমুক্তদি—ভাংহল্লু— কদোগে।

মধু ভাব তামন্দবা য়েংনিংদে।

প্রমোদ খোংজোমদনিনে।

মধু—ওইজসনুনে খোংজোম অদো তীর্থ মফম নত্তবরা অদুবু মমিংতা ত বদা অশাবা ইচেল ফাওরকলবা মীতৈ খুদিংগী হকচাংদা, মফম অদুদনিনে মৈতৈ অথোবা ব্রজবাসীনা বমগী মৈনা ককখিবা মলেছ তুম্না হাৎখিবা, মণিপুর ইতিহাসকী লমাইদা সনাগী ময়েক্কা ইরিবা।

প্রমোদ—হরে কৃষ্ণ লোইদ্রেদো লোইদ্রেদো।

মধু—শিঙেল কলোয় তারসি, খোংজোম তীর্থ মপান্দা, প্রমোদকী প্রেমগী লাইজদা থম্বাল ওইনা শাৎলিবী লৈনম চাওবী লৈরাংদো।

প্রমোদ—মনি।

মধু—মনি! প্রমোদকী থম্মোইগী মমলবা কাচিন্দা মনি ওইনা ভাল্লিবী মুরাগী শকতম লকলমউ রাখলগী তুরীনা য়েকচগে, লেপ্পবগুম পুথোকসি খোইমু শামাল্লবা মমাংদা।

প্রমোদ—নোংমা চৎতুনা হেক য়েংউসিশে! থেংথ্রে।

মধু—অওইবনি মরুপ কদাইদগী করম্বা মতমদা থেংনদুনা।

প্রমোদ ঐগী ফৌ পাম্লবা নিপা অওগী মচানি, ফৌ লৌবা চৎপদা উম্নকপানি ফজখ্রে। মরুপ। চিম্বাল অদু পেহো

পেহৌ, ক্ষীভম অদু তচাও তচাও মমিৎ অদু তয়াও তয়াও ঐবু তম্না যেংলকপী হেরা হৈতেদা ঐদি ফজনা মরুপ চুম্না হায়বা, হেক্তা শোইখি, ফজখ্রে - ফজখ্রে।

মধু - ফয়ে অদুদি নোংমা চৎলুসি।

প্রমোদ—অদুদি খিন্দোকলগে থোক্লসি।

[অনিমক হোৌগৎলে মধুনা চন্দ্রসখীবু অমুক্তং উনিংলমই অদুগা "ফনি" হায়নদি হায়রগা প্রমোদকী তুং থংদুনা লেংঙম শাঙমদনা লৈদুনা চন্দ্রসখীনা থোরক্কদবা মাইকৈ যেংদুনা লৈ তানজ অসিদা চন্দ্রসখীস্থু মচেৎ ওইনা থোকলকই। মমিৎ মরিমক চাননয়ে, প্রমোদতি থোকখ্রে ]

চন্দ্রা—[লোল্লপ্না] ঐ লোইনবা তাহৌইদো।

মধু ঐভোন্দা লেপলে হায়বিয়ুকো

চন্দ্রা - করিগী ?

[তান অসিমক্তদা প্রমোদ "করি তৌরবগে অমুক লৈথদুনা লৈহৌরিবা অসিবো" হায়না হেক চংঙকই, মধুনা লুখম খোৎতুনা ]

মধু – য়ুমদা কাওরম্বা তারে য়াওদ্রে। [ ফুরিৎখাও হুমই, খি লৈমাইদা য়েংই ] অসিদস্থ তাদেনে।

চন্দ্র—তায়ম্রবস্থ মাংহনবিয়োইদা খুনজিন্দুনা থম্মীগে।

প্রমোদ করিনোনে থরা খুনজিন্দুনা থম্মীয়ুসে। নুমিৎ চুপপা পোৎ তাহৌরেগা মাংখ্রেগা—সে লাকওনে।

[ মধু মাং থাদুনা লোম্না নোক্কুনা প্রমোদনা তুংদা থোকখি

চন্দ্রানা ইমাই পেন্মা ঐ চোপমনি, হিংংৌরেদকো হায়বগী মঙং উৎতুনা মমিৎ মনা লাওথোক্লুনা মরৈ তমদুনা স্বর মপী হোন্দুনা লৈহৌই, তানজা অসিদা মঙ অতু মমগণ্ডে।

"লাইট"

---

মরিশুবা উৎপা

"শুমাং"

[শুমাং মচি অমদা নব চক্র ককলমই]

নব—মীওইবগী পুনশি ওইথোক্লবা পুন্বা ওইথোকইদকো। মতাকপু মতম অমদা পুন্সিগী নামিবা মলয়ানা হুমথিবা মতমদা নোংগাথ্রবা ইপা ইবুংঙোগী মরূপ মচানি হায়না খংজরম্লবদি তমথিবগী মশক ওইরবা রাথলগী মমি অমা ঐগী থম্মোইগী মিংশেলদা তারম্মোইদবনি। মহাকী লমচৎ ব্যবহার অসি অঙকপনি লৈমিন্নৈ মরূপ মচানি হায়দুনা নত্রগা পোকমিন্নবা মবুংনি হায়না খন্দুনা ওইরিগদ্রা, মদোমদা নত্তবা থোক্লবদি ঐগী থম্মোই অসি ফাবা ঙমলোয়দোরি।

মনি—[লাকপা] তামো! তামো

[নব মুন্না য়েংদুনা লৈবা]

কারনো মীনা কোরগা তুমিন্না মুন্না য়েংদুনা লৈরিবসিবে।

নব—নংগী হায়গদবা অদুতা হায়যু, ঐ তামে খংলেদনা।

মনি—করিনো তামোসিবো মুমিৎ চুপপা পাখোং ওইনা তৌবা
মনিং মমাং ককপা ৱাতা ভাংই।

নব—করিনোনে ?

মনি—পাজিনা চৎথোক্লমগনু হায়রে ভসি।

নব—করিগীনি হায়বগে ?

মনি—মরমদি খংদে।

নব—মরম খংদনা পাও পুরকপা মীগী মৱাদি ঐ লৌদে।

মনি—মরম খংগন্দবা মীদদি তমক্ষম থোক্কে ঐসু [চৎকে তৌবা]

নব—মুপীমচা ! ভাইথো ৱা অমা হংখিগে।

মনি—ৱা হংবা খুম্বা মতম শংদে।

নব—পুন্সি অসিমা শংলরোইদ্রা ?

মনি - উম !

নব ফরে ! ফরে অদুদি হংলরোই ঐসু, ভমদি ভম্মনিদনা।

মনি ভম্মোই কৈসু

নব—ভম্মুদা—ভম্মুদা ! হোয় ঐনা হংবা ৱাবুদি নংনা করি খুমক্ষম
থোকপনো, ঐদি মীচাপোকনিদন', য়ুম তাংলিবা।

[ মরু লুকথখিবা ]

মনি—[চংশিন্দুনা নবগী মমাই হাইগৎতুনা] তামো সে হায়রো হায়মি।

নব—হায়রুদুনা কান্নদেদা মনি! মমল লৈতবা ৱানি, চুম্না ঐনা
খংজনিংবতনি, নং অসি ঐগী কনানো হায়দুনা।

মনি—মদু ওইরে, মাদুদি মতম অমদা খংলককনি।

নব—মাদুগী অর্থ।

মনি—হায়দোকউড়না অরেম্বনি মসি ওইথোক্কবনি।

নব—ওইথোক্কবা, ওইথোক্কবগী ৱাখল লাম্বা ফংদে।

মনি – নিপা ওইবগী ৱাখলনা লাম্বা ফংদবা অদুবু নুপী অপংবা ঐনা কয়ম্না ফংগনি।

[মতাং অসিদা প্রমোদ, মধু চংলকই হায়বা উবা]

হাইমা ! তামো একাগাড়ী ইনবা নিপা অনি মাইকৈসোমদা লাকইনে কনা কনানো ? [মনি চংখিবা]

[প্রমোদ, মধু একাগাড়ী ১।১ ইন্দুনা লাকপা]

প্রমোদ—ডিয়ার থবক মঙ্গল ওইরে, ঙসিদি ইম্ফাল কারগুমসি, লেকখ্রসিবা।

মধু— লেকফমবু লৈবিবরা ?

প্রমোদ—করিগী লৈতনি, কন্যানা পুজারী ওইবা চাবিরবর ?

মধু চাজদ্রি, পুজারী ওইবিনবা কনাগুম্বী লৈবিরবদি লেংশিনবিয়ু ঐদি তন্না কাজরম্লগে।

[ মাখোই অনিস্থু নব - মনিবু উরকলে]

প্রমোদ - [ইকাইনা] কয়া লুবা থবকনোনে, হয়েং কামিন্নরসিবা ?

মধু—ঙসি চংতবা য়াদবা থবকনিনে, শেলগী কানি ঙসিদগী শোই-রবদি অমুক ফংগদবা য়াম্না চিনখ্রে অদুনা তৌজবনি বাবু। বাবুনা লেক্কবা য়াদে হায়রগা লেংশিনবিরো ঐবুদি দোষ তৌবিরগনু। হয়েং অমুক শোইদনা কুমজ্জরক্কনি, মফমদা তাকপিংমম্মু থিজরক্কে।

প্রমোদ—সিদনিনে য়ৌরিবসে !

মধু—অতুদি চৎচরে [চৎখিবা]

[নব+মনি কিরু তৌদুনা মনি চংখি নবনা চরু মাইরু লোইশিল্লি প্রমোদনা মনি চংখিগদৌবা চিংনা চিংনা য়েংবা ঙাইহাকয়েংউরগা ইশং খংশিন্নদবা শাদুনা নবদা]

প্রমোদ সিবি, ঐখোইগী খুরা মূখগী য়ুমদুবু অসিদা নত্রা ? [মতাং অসি ফাওবা মনি তারম্মী।

নব—মনি ! মনি ! [হৌগৎতুনা চৎখিবা]

প্রমোদ—লৈরিনিনা খুড়াদুবে ?

মূখ—[ পোক্রকপা ] এঃ ইবুংঙো করি থবক্কী, লেংশনসি ঐ গাড়ী ইনশিল্লকে।

প্রমোদ—এঃ অদুম লৈজসনু।

মূখ ফরে অতুদি ঐখোইদা লেংলকপদি করি সেবা তৌনিসিদে।

প্রমোদ—হে ফরে খুড়া ফরে।

মূখ নুপীমচা কদাইদা লৈবগে— নংবু লাওনে হায় অতো— —নংগী তাইবুংঙোগী সেবা—নবুং নব অদুবু ঙাইহাক্তা চং- লকখো হায়য়ুনে !

প্রমোদ—ঐখোই খুড়ানা পোকপরা ইচিল ইনাও অমা চরু কক- হৌরিবসিবো।

মূখ—হেক পোকপামক্তী নত্তে ইবুংঙো, ঐগী মরুপ মচানি। নুংশিখবা, ইতাও অদো লৈখিদবা কুইত্রি অদুদা নিপামচা

অসি লৌ-শিং তাংদুনা মতম খর ঐনা থম্মীরিবনি।

[ মনি চংলকপা ]

মনি - তামোদি পৈয়া সিরি করি হায়বগে?

[মনি থোংজিন্দা লৈই খোৎতুনা লৈ]

মুখ—অদুগা নং লাওদনা—সে নং তাইমোগী হকচাং শেংদোকনবা ঈশিং মাইশিং লুমন্ট। [প্রমোদতা] অদুগা ইবুংঙোহল, লুক অসিদি করম তৌসিগেদো বামনকাদি য়াম্না তাংইনে ঐখোইগী খুন অসিবো। ইবুংঙোহলনা হৌবা তারেদো।

প্রমোদ—ঐদি ইমান পোকচৈংগী চাক থোংলক্তে

মুখ—অদু অঙাংশিংনা থোংবদি হঙ্গোইনিদো।

প্রমোদ— অঙাং হায়বদি!

মুখ— নচন্ননে, তোঙান্না!

প্রমোদ— ফৈ কদোগেনে, ঐখোই মাদুগী বেড়া লৈবা জাৎ নত্তে পরওয়ার লৈতে।

মুখ - অদুদি ইবেম্মা, ইচাদি মরম ওকপিনি, ইচা লৈবদগী ইপান্না মী ওইনা পাল্লিবনি কোল্লিক শেংনা ফেংদোকউ করি করি ইনশাং লৈ। নং তামোগী চাক থোংবা তারি। ইমাই পেম্মা নোংমতা লৈবিরে। হায়দুনা নেকচবদা য়াবিরবা মীনি [ মণিদা ] চৎলোনে চৎলোনে [ মণি চংখিবা ] [ মপান্দা ] নব! নব! হা অতো নংবু তারিব্রা! [ নব চংঙকই ]

নব— করি হায়বগে পাজি!

মুখ - নং চৎলু শিংয়েন হোৎনরু, কনানবু হনগদবনো শক খংনৌ

ঐখোই সলামগী লৌ অদো অদুগা থোংবমমে, ঙাংবমমে, তেলেমমে, নিংথোউজমনে, শোইবমনে, লাইশ্রমমনে ময়াম্না উরিবা লৌফম অদু নং তামোখোইগী লৌফম ঙাকশিদনা [ প্রমোদতা ] লৌশাল খরা পুৎথবা অদুগীমা ইচানা লাক-পবো ! ঙসি অসি নুংঙাইনা পোৎথারো, অদুগা হয়েং ইচা লৈরিভৈদো ময়াম তিন্নবা চেন্দুনা খোমগে অসুম্না খরা খর লেংলক্লবদি মতম মতমদা ফোংদ্রা থোকনি অদুগা ঐখোইগীসু রা ঙাংফম লৈগদবা। অদুদি ঙাইহাক পোৎথারমউ ইপা কোইরাও লাউথোকউখিগে হায় ইচাশা চেপ্পদি ইমুংদা চেপ-সিকো [ প্রমোদতা ] ইপা ফৌ তোনবা ময়াম অদু অদুক পাও পিরুখিগে, থবক ইনখাং লোইরগা নং তামোগা রারী তৌরমউ। [ নব তুমিন লৈ ]

প্রমোদ— ফনি, ফনি ! [ সুট কেশনচিংবা বেডিং মথক্তা ঙাত্তুনা লৈ মুখ থোকখি ] রারি তৌখিসিনে সিগারেট ফাল্লু। [ চুরুট লানশিনবা ]

নব – ঐ চুরুট থকচদে !

প্রমোদ– সোরি ; কয়া কুইরগে সিদা লৈবিবা ? ঐ মতম অমদা উজখিবগুমসু তৌই, ঐবু খংবিদ্রা ? ঐবু খংবিদ্রা ?

নব – শকী মথৈদি খংজে !

প্রমোদ— হোয়নে খংগনিনে, ঐখোইবু খংদবা মীদি মণিপুরদদি খরা তাংগনি। ইমুংসিগা কয়া নকনবা মরি লৈরগে ? চুমলগী মরূপ মপাং ওইবগী মরিমা নওগা –

নবসিং — চুম্ননী নুংশিনবগী মরিনি। পাজি মুখগা ঐখোই পাজিগা য়াম্না লুনা তিন্নজবা মরূপশি, ঐখোই পাজি লৈত্রবদা ঐ অবস্থা খরা চাজদ্রদুনা নোংমা নিনিদং খুল তাংদুনা জীবিকাগীদমক তানজবনি।

প্রমোদ Oh I see! মাখোইগী লৌ তাংবা হায়ব্রা করিনো অদো।

নব— অহোই!

প্রমোদ — হোৎনবিয়ু ইস! চান্নবা খাখ্রেদা ভাসাদ।

[ মণি বালটি অমা পাইদুনা ঈশিং শোকপা থোক্লকই তানজা অসিগা চানা ]

কারনা লাক্কে তৌবদা ড্রাইভরনা গাড়ি বেড়া তৌহন্দুনা হেক Cycle না চৎপা অসিদা।

মণি— [ মপাল থোকখ্রে থোক্লমদাইদা নবদা ] তামো মৈ অসি খরা য়েংবিরমউ।

প্রমোদ— চাওরমলেদা নুপীমচা ইবেম্মা অসি, পিশক পিকনা লৈংহৌবনি, থাজ য়োনজবা য়ানা হেক চাওরমলেসে,

[ মণি চংখিবা মাইকৈদা মুন্না য়েংদুনা লৈহৌবা ডাহাক লৈরগা ]

থাজখ্রবরা নুপী মচা ইবেম্মা সিবো? মাগী মমিংদুবু।

নব— মণি!

প্রমোদ— Oh! Yes I see, মণি, থাজখ্রবরা?

নব— ঐদি কয়া মুন্না খংজদে!

প্রমোদ— Oh! I see.

নব— ঐ অমুক্তা ইমুংদা

প্রমোদ — ফনি !

[ প্রমোদ ভাইহাক খল্লগা কিরু কিরু য়েংদুনা মণিনা থোকখিবা মাইকৈদা থোক্কে তৌব তানজা অসিদা মণি ঈশিং পুদুনা চংলকলে ]

প্রমোদ— ওঃ! ঐদি পুখ্রি চৎকে হায়দুনা তৌবনি, ইবেম্মদি কারকলবোরে কদোমদনো পুখ্রিবে !

মণি – করিগী ওইরবনো মমাং অসিদা লৈরে।

প্রমোদ— [ ভাইহাক ভকচানদুনা ] অং অঃ খোং খুৎসু হামদোকচগে অদুগা ঈশিংসু খরা থক্কে হায়দুনা।

মণি ঈশিং লুমজরে ঈশিং অয়োকপা অসি থকপা ফরোইদ্রা ?

প্রমোদ— ওঃ আই সি ! [ মণি চংখিগে তৌং ] ভাইখোনে ইবেম্মা।

[মনি মমাই লৈথোকই] খরা ঝারেদো করিনা লমন শিংগনি।

[লম্বী থৎদুনা লেপ্লা]

মণি—হায়ব্রিবিবদুনা ওকচরে ! ঐ খরা চৎকে।

প্রমোদ—সিবিঃ সিবিঃ -

[মুখ ইমুংদগী ব্রা খরা অসি হৌনা হায়দুনা থোরকই]

মুখ—নহান্না কোক হেক পিদোঙ্দা, মত্রাদি চাদ্রদুনা—।

[প্রমোদ ফিংনা লম্বী থাদোক্তুনা লেপই, মণি চংখি ! শাওনা য়েংলমই ]

মুখ—হৈমা ! ইমুং লেংশিন্দ্রিবোরে, লেংশিল্লসি !

"লাইট"

মঙাশুবা উৎপা

## "লৈকোল"

[ প্রমোদকী য়ুম মমাং লৈকোল অম', মখুৎ তুংবুননা পুন্দুনা হঙ্গং-হন্দা চৎলমই, ভাইহাক লৈরগা লৈ অমা পৎ থৎ মনম হেক নম হেক হুন্দোকপা য়াম্না লাংতকননা মী ভাইবগুম তৌরি ]

মধু— শিঙেল ইতা নিংথিবিখোই অসিবু নখোইগী হৌনশারা? নোংমা নিনি সুংশি মাইথোং থাঙ্গৎতুনা হেক নোকলম খোইমু পুক্লিং হেক শুমহৎপিরম, মঙানিতা শুদনা লৈরাং মাইথোং লেপ্তুবা, নিংবা কাওবা ঈপাক্তা খোইমুশিংবু লংথবিবা, সুংশি হৈতেদকো লৈরাং নখোয়সে।

### "ঈশৈ"

[ ঈশৈ লোয়রকপদা চন্দ্রা চংলকই ]

[ লাইরিক তম্বা কুম্লকপনি শারি শেৎলি. ফেনাৎ তোংই, লাইরিক পাই, ছাতন মেমগী Style অমা পাইরকই। ঈশৈ লোয়বা ফাওবা তারগা মধুগী মনমদা শাতিন মতোম্না নমদুনা ]

চন্দ্রা— Hands up!

মধু— [ থংনা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা মমাই লৈথোকলকই ] এঃ ঐদি চান্নবা কিরুরেদা করিগীনো ঙসি অসুক থেংলকইদে।

চন্দ্রা— মিটিং অমা চৎলুই।

মধু— কস্বিগী মিটিং।

চন্দ্রা— ঐখোই ছাত্রী মখৈ "মহিলা মণ্ডল" হায়বা সমাজ অমা শেমশি হায়দুনা!

মধু— কিখ্রেদা নখোই ছাত্রী নুপী অয়াম্বা কম্যুনিষ্ট হায়ব্রা করিনো হায়বদু য়াওরে হায়গুনা লৈনাকনা য়াম্না ভাংনবদু চুম্মেদনা অদুদি।

চন্দ্রা - শক মান্নদবগুম্না চিন-মান্নদবনি তাইবংশিসে।

মধু অদু ওইরবসু চাক চক্রিং অমনা চেং চেংকোক অমা মাংইবনি, অয়াওবা খরদি য়াওরমগনিদনা।

চন্দ্রা - অয়াওবা খরা অদু খন্দুনা হায়বিয়ু।

মধু - য়াওদ্রবদি ফৈদা! অদুগা নিপা খুদিং নুপী খুদংমকপু মাখোইগী Control মখাদা থম্লবা লাকনৈ হায়নে।

চন্দ্রা— ঐনা করিগুম্বা কম্যুনিষ্ট য়াওরম্লবদি দাদাসু ঐগী Control দা লৈবা তারেদো।

মধু— অদুনবু কিদুনা হংহৌরিসিনি।

চন্দ্রা— তামোদি কদাই লৈহৌরে?

মধু— আঃ হাঃ হাঃ! করি অমুক হায়গনি চন্দ্রা, নাত্বকতা শাংপী লৈরাং বাসন্তিগী কুঞ্জদা, শমলাং কোইককর্নরিবী, লুতুং কিশিনদ্রিবী নিঙোল অমগী কুঞ্জদা লৈরাং হেক্কে থোরাং উবদা ইন্দ্রিগী মকোক নৌরবা থম্মোইদা নুংশি নুংঙোনগী তিংখং চাম্মা চাম্মনা য়ুদুনা খোং থাংবা খোক্তনা লৈহৌরে

মরমগী লমলেন খোংজোমদা, ফৌ-বান্নবা মুথগী মন্নান য়াই, মণি দেবীগী কুঞ্জদা।

চন্দ্রা— লাইমন্থ থোকইদকো।

মধু— ঐনা হৈজত্নুনা থোকপা নত্তে শকহেনবী কবিগী কবিত্বগুণ পিনবিরিবী দেবী বীনাপাণী মশামক্তা ইমাংদা লেপ্তুনা লৈরিবেঁদা করম্বা কবিনা মরোল থোকলোইদগে চন্দ্রা!

চন্দ্রা— ঐবু দেবী বীনাপাণী ওইনা লৌবিরে।

মধু— দেবী বীনাপাণীনি, লক্ষ্মীনি, উরবশীনি তিলোতমানি, মেনকানি শক্তম পুন্নমক ওইরিবি নহাক্কি ঐ হায়বসিগী মকম অসদা

চন্দ্রা— থকলে, ওকলে, কদোউঁগে লাক্কনি হাইবগে তামোদি।

মধু— ঙসি নুমিদাংবাই নুমিৎ তমহৌই, অদুবু অরেপ্পা হায়বা কনানা ঙমগনি রেকোর্ডনা সাক্ষি ওইরে।

নুংশি লাংদা থুরবা মীদো
মাগী ওইথি—থরাই অসে
রাধাগী প্রেমনা ঙাওরবা কৃষ্ণ
করম্না লাক্কনি—মাগী য়ুমদা।।

[ চন্দ্রানা মচিন মেল্লি, ঈশৈ লেপই ]

চন্দ্রা— ওকত্রনে! চা থক্লুবরা?

মধু— কনানা পিথকপিগনি।

চন্দ্রা— থকউরসি ঐ পিথকে।

মধু— নত্তে নত্তে চন্দ্রা হায়রিঙ্গনা ওকলে, নংনি ঐগী চা! নংনি ঐগী

[ মমিৎ উইশিন্দুনা ] থবাই, নংনা ঐগী পুন্সি [ মতাং'গী য়ৌরকপদা খংহৌদনা প্রমোদ হল্লকই চন্দ্রানা খংউ উরক্কুনা মধুবু তাক্লম্বা নংদনা মহাকতমক ফিংনা চংগ্রে, হায়রু হায়রু হৌজিকমক থোক্লক্লগনি থাজ তংখাই অমা মু—তংখাই অমা ঙান। নাকত লৈবিদুনা নুংশিবী থম্মোইদা নখুৎনা শোক-পিয়ু। হৌজিকমক শাংকাইরক্লগনি, কিগল্লবী থাবল্লে থাবল্লা মিৎস্না পাংদুনা।

[ মমিৎ পাংথোক্লকপদা প্রমোদ লেপ্লা উবদা জ্ঞান ঙাইহাক মাংলুই অদুবু প্রমোদতা হায়বা শাশিন্নদুনা ]

মধু — অসি হায়না পাওমেন্নরম্বরা মরূপ।

প্রমোদ — মধু বাবু নং অসিদি ওন্থোকপা মী অমনিদকো।

মধু— করি তৌরে মরূপ।

প্রমোদ – নং য়াওরম্লবদি রা পূম্বা কেল্লমলগদবনি নং হেকতা চৎখি নংগী মতলব য়েংদুনা।

মধু ঐ লাকপনা ফরিবনিনে মরূপ! নুংশি ইখৌ লাংবসিদি খোরাং খোরাং থক্লগা মহাও হেনবনি পংখ্রেদকো। সনা অসি তক্লা তক্লগা লংবনিনে মরূপ, ঙসিনা মরূপনা, হয়েংন ঐনা, হংচিৎনা অমনা থাজিন থাজিন নৈখাইদুনা মপুক অদু পেৎ-হলগনিদনা করিনো, করি রাৎপগে, সনা লুপা শাগৈ জাৎ শক, চু অনিশুবা নিংথৌ নত্রা প্রমোদতে মণিপুরদ।

প্রমোদ— অরুবা অমা লৈরিনে মরূপ!

মধু -- কমিগী। অরু অথেনবা লৈবা হৌনব্রা মধুগী মরূপ প্রমোদ-
তাবো।

প্রমোদ -- নিপা অমা লৈহৌই "নব" কৌবা মপাগী মরূপ মচানি
হায়। মথোয় অনিগী মাডাং শাজৎ অতু উরগা ওম্মোক্লা
চিংনবা পোকখ্রে।

মধু-- জানেদো, মরূপ মচা য়েক্লবা মচা, পাও হায়দোক্লগে চন্দ্রাদা
"ননম্মা শিজ লাকলে অঙোম শাগে ভাওরনি" চং ·সি লাও
কুপ্না তমউ ইমুংদা।

[ মধুনা চিংডুনা পুখিবা ]

"লাইট"

---

তরুকশুবা উৎপা

"মাঙ্গল"

[ খোংজোমগী মুখগী য়ুম, মতম নুমিদাংবাই মণি তরেং অমদা
মোইপাপ নাইডুনা লৈরম্মী মচিন্দা ঈশৈ শকলি ]

"ঈশৈ"

হোঃ লৌমী থক্তা তোইনা বাঁশীবু খোংগনবা কনানো
ব্রজরাজ মপামী শ্যাম কান্হাই শকহেনবা
বাঁশীনা ডুতি ওইবিডুনা রাধাগী পুক্নিং হুবিখিবা
শ্যাম মতৌ তম্বরা তম্বরা তমজব্রা ?
হো............. ........

বাঁশী খোঙ্গেল তাবদা বাঁশী খোঙ্গেল তাবদা থম্মোইদুম মল্লা ইহৌরে। নুজাগী পুক্নিং হুখরে ইকাই ইকি থাখরে মুমদা লৈবা ভুমদে ভুমজদে ভুমজদরে।

[ ঈশৈ হেক লোইবদা মুখনা থাপলিভৈদেগী কৌরকই ]

"ইবেম্মা"!

মণি— হৈমা! পাজি লাকলে ঐদি থেংঙকদৌবোই নিংই থবক অমতা লোইহৌদে। পাজি লাক্লগা স্বর হোন্দবা মখৈ মথং মথং শিঙ্কররনিদো! [ হৌগৎপা তরেং পুশিনখিবা, মুখ, চাওবী চংলকপা ] ঐদি পাজি য়াম্না থেংলকদৌবোই নিংঙম্মী।

মুখ— ইপা হরাগাড়ীগী থিল্লক্কুনা লাকলে ননেম্ন লাকই।

মণি হৈমা! ইনে [ মনেগী মনাক্তা চংই ]

চাওবী ইঃ ইমৌদি চাওরমলেদা।

[ মুখ ফমফম থক্তা ফমই ]

মুখ— ননেগী ফিদা থাবিয়ুনে।

[ মণিনা ফিদা থাই, মনে চাওবী ফমই, মণি চৎকে তৌই ]

চাওবী— লাকখোনে অঙাওবী, নশম ননাকাদু অঙাওবীদু ভাইরে, থরাম্ন তনান তনান থম্মু।

[ ফাতুনা ফমহল্লগা হিক কাইবা হৌই ]

মুখ— ননি নমৌ লৈরমখো ঐ মথা থংবা অসিদা পাউ অমতা হায়রুখিগে। [ হনজিন্দুনা ] নবুং অদু চথোকলমগনু হাইরু ছাই রা অরুবা ভাংনগদবা লৈ। [ থোকখিবা ]

চাওবী - [ হিক কাইনা ২ ] হায়, অঙাওবী হন্দকী ঐখোইদা হায়-
মিবা নিপা অসিদা লৈতবা য়াদে।

মণি -- হায়মা ! কনা নিপানোমে ইনে।

চাওবী অখোইদা নহাল লাকলম্বাদো, প্রমোদ বাবু। মী মরল লৈথ্রবা পোংনি। মহারাণীগুম পানগদৌনি, ঙাংবিনবা কনাস্থ লৈতে ননিংনি মমা লৈত্রে, মপাস্থ লৈখিদবা কুইত্রি, মচন মুপী অমতং লৈরি ঙাওথ্রবী নংগুম্বী। কো ইনেখোইগী মাই চোপ্‌হনবা য়াদে, মী অমমম্না মচা পিজগে কায়বনা কোয়তান তাম্নরিবনি।

মণি - করিনো ইনেনা পঙাংতা ঙাংইসিবো, ঐদি লৈম্ন লৈখি-রোইদৌদা অতুক মমাই থকপা শক অদুবু।

চাওবী — অদুমকা ঙাংজস্থ নমাই তেক্কনি।
[ সেদ খরা নকশিল্লকউ, চিংশিন্দুনা ] নকোক অসি হিক্না লোইরে। খরা কে মোদুনা লৈগবরা হাইরগা। অদুগনে ঐখোইগী য়ুমগস্থ য়াম্না নকনৈ হায়, নংনা হাকুম লাকপদা ফাওবা য়ুমদুনিদনা নং খংদ্রনে। নং খংদ্রনে।

মণি — হে ! ইনেসে চান্নবা মহাইনে।

চাওবী— চান্নবা নন্তবদি নংঙোন্দা ফাগী তৌথিদ্রা ঐনা।

মণি — হুম অওইবনি ইনে, নহানগী নিপা 'হুমুক মুংশিদবা ঐদি অমুক্তা উজদ্রি, করিনো মমিৎ মনা তথক তথকলদুনা।

চাওবী— ভুমিন লৈম্নে হাই অঙাওবী মী অদুক রাশি লৈবা অদুবো, নং 'সিদা মাংগে হায়ত্রা ? লোউ-শিংউদুনা ! ইম্ফালদা

লৈদুনা সুংঙাইনা চানিংবতা চা, শেৎনিংবতা শেৎ, খোংউপ তোংদুনা, পাউদার তৈদুনা কুম্মেনে ফিয়োংনে।

মণি— অদুক পামজদবা লৈতে ঐদি।

চাওবী— নখোইগী সিদা খোংকাপ অমতা হেক থোকপদা লৈখোমনে, কাককৈনে মাইদা, নোংমতা ফাও লৈজবা ঙম্মোই ঐদি।

মণি — ইনেবু অসিদা পোক্তুনা চাওবা নত্রা ঙাংঙিসিবো, ইম্ফালদা ওংদুনা মতম খরা লৈগ্রগা হৌজিক লৌরাই অসিবু নোক্নবিগা অসিবো।

চাওবী - তুমিন লৈয়ুনগাই! শে লেংগনু, হিকপী অমা লৈরে।

মণি - ইনেসু লৌ-উরমদ্রা, ইন-চিংঙমদ্রা, মফম অসিগী মহৈ মন্নোং ঈশিং-সুংশিংনা হিংলম্বা নত্রা, মফম অসিদা পোক্তুনা, চাওদুনা লৈরম্বা নয়ুম নরম অসিবু মশক খংদোনা ঙাংইসিরো হায়মি!

চাউবী— নংগী লৌরাই অসিবো।

মণি - ইস্! থৌবান্দোং চফু শাবীনা ঙান্নক অসিবু চফুগী মপান্না হায়দুনা হংই হায়বদু ইনেনা ঙাংইসিনিদো!

চাওবী— হৈবিরেদা প্রমাণ মকতে।

মণি— ঐদি পামজদে নখোইগী ইম্ফাল অদু মহৈ মহৈ হেক চাওথোকনবনা, ময়ুমদি নাম্না ফজনা লৈ হায়ববু, কল্লক চাওনরিবা মী নোকনবনা হৈরিবা, ছাতিন্না অসুম্না পাই, কী অসুম্না ইল্লি, হা অদুম তোরে, ময়ুমদদি ফৌ মরু অমতসু হাপতে।

শিং মচেৎ অমস্থু লৈতে হেক কল্লিদি, মক্তিা পংনান্দা নাল্লি, মাহৈত্য পংকত ফজৈ অদুগা হেক শোইরিদি।

চাওবী— তুমিন লৈমুনে হাই অঙাওবী লৈতবা য় বা পোৎ নত্তে, ভাদগা ওসি বা লোইনবরুবনি। অতুননি ঐখোইনা সুক থুনা লাকলিবা। মী হয় গাড়ী ২। ৩ লোইরি; কৌ, চেং, লৌ ওকথ্রপোৎনি হৌজিকসু মাখোইগী হয়া গাড়ীনা থিল্লকইবনি ঐখোইবু।

মণি— মাদি কদৌনা লাকত্রবা!

চাওবী লাকত্রবসু কদোগে!

মণি— লাক্লবদি থিনা অমুক্তা হাংগেনে।

[ মনেগী মথুৎ হাইদোক্তুনা লেপ্পা খরা শাওই ]

চাওবী— লাকখোনে হাই।

মণি— মরল লৈ হায়তুনা ঐবু মখোইদা য়োনগে হায়রিত্রা, ঐনা লৈরুরগবু মখোইগী মরলতু নখোইদা পিরকলদরা?

চাওবী— নং লম্বোইরগেরা নয়ুম পাল্লয়োইদ্রা?

মণি ঐদি নখোইদোনা ইস্কালদদি লৈয়োইয়ে লৈরবসু সিদা য়াওং ইন্দুনা থমগনি ঐনা পাম্বা নিপাতু।

চাওবী— য়াবিরয়নি, মীগী নিংথোমচাগুম্বা লৈরিবদো!

মণি— নংগী শককল অদুবু নত্তেয়ে, লৈরে মবুংঙো অমা, সুম হেক হায়নিংই।

চাওবী— অদুমগা ভাংজসু হায় মীনা হায়রকপা চুমইদনা। বল্লায়

চৎখ্রে, নংগী নব হায়ত্রা করিনো লমজাদো। নং য়াম্বা বদনাম ফজত্রবনি খংউ, রা রা লাওয়বনি।

মণি মী করিস্থ নত্তবা অসিদা পকশিনবীরকইবা অসিবু করিনো?

চাওবী— করিস্থ নত্তবা হায়য়ে খংদা, তাদবোই নিংত্রা নংনা হৈগী নৈগী মনমতবু মুংশিনা চৎপনে ঈবেম্মা, মীগী মনম অসি-দিনে।

মণি— করিগীনো প্রমাণকা অমুক!

চাওবী— প্রমাণ নত্তেনে হায়! প্রমোদনবু হায়রকইনে। নংগী বুহু অসিগী নমিৎ চুমনদে হায়দুনা মাংলগেরা নং, লংলা অমা পকত্রবা নিপা অসিদা!

মণি— বিষ্ণু! বিষ্ণু! কিজরেদা! সতা রা অমতবু ভাব নত্তবা ঙাংনজদেকো, ইবুংমকনি হায়দুনা।

চাওবী— হিস: কদোমগী নবুংনো মা এলাংবম মচাগা নংগা, ঙসি তাদ লাক্লগা মুংঙাইনিনে, মা নৈবা য়ানি হায়বা, খমউ হায়বা নংস্থ ঙল্লগা, হিস ঙমইদা মৈতৈ মচাসে য়ুমদাংবনবু।

মণি— অদুমনা হায়জস্থ ইনে মী মচাদা করিস্থ লানজনবদা নংগী চুম্না চুম্নগী রাদা ঙাংউ।

চাওবী করিগীনো নংনা অস্থক য়াম্না কনখৎলিবা সিবো মাবু?

মণি— মীগী মচানা করি কাইরবগে? ধর্ম্মবু থোক্তে হায়রিবনি।

চাওবী নচিন কনখ্রে নং নৈশাবী নত্তগুমহ।

মণি— ইনেনিনে হরাগাড়ী তোংনিংবী ওইনা হেক।

চাওবী— তুমিন লৈয়ু হায়। [ শাওরে কন্না লাওই মুখ তান চানা চংলকই ]

মুখ— কঁরিনো ননি-নমৌ খৎনরবরা ? লাওনরিবরো !

[ মণি মপাগী নাক্তা চংই ]

মণি পাজি।

চাওবী— [ মণিগী রা থৎতুনা ] তাচৌ নচা মুপীসি মচিন কনখ্রে, কনানবু লৈশাবী নত্তগুমই

মুখ— করিনো ! করিনো তুমিন লৈয়ু শাওননু করিগীনো, মুপী মচা ননেগা অদুম খৎনবা হৌনবরা ?

[ মণিগী মকোকতা মখুৎ থমই মণি কপলে মপি তরং তরং শিন্থরি ]

কারগী কপালি। তুমিন লৈয়ু। তুমিন লৈয়ু। কদায় থেংলে হযুং চংসি, মৈনুং হৌগৎলুরো, চাক ঈশিং খোঙ্‌মো, শিংযেন পুশিল্লো ননেগী ঈশিং লুম্বীয়ু, ইপাগী হিদাক হাল্লকউ, শুন্না-কা নবথোকউ, ওন্না তুমউ, য়াহৌ ওল্লু।

[ মণি রা লোইফাৎতনা ইমুংদা শাওদুনা চংখি ]

মুখ— [ ফন্নগা চাওবীদা ] নবদু লাকলমদ্রিবরা ? করিগীনো ননি নমৌ খৎনরিববো ?

চাওবী— ঐ য়াম্না হেকমক শাওনিংখ্রে ! নবম্নু লাকত্রি।

মুখ— করম করম হায়নবা !

চাওবী— করিগীনো মানা নবগী রা পল্লগা অমুক শাওরিবা অসিবো ? করিনো মীনা হায়বা চুমইনে ত'চৌ ! অভাং অসি

মাংলনিনে। খরা থুনা নব অসি চৎহনখিদবা য়াদ্রে।

মুখ – লুখ্রেদা ইচনশা! নব অসিস্থ ব্বা ভাংদবা মী ওইনা তৌবতুনা মপুক অসিদা করি হায়গবা মাবু ইচাগুম্না খম্মুরেদকো ইবুংনা অস্থক কুইবসে। মাগী মন্নুংদা কাইজবদি খংদে, অদুদা মাবু হৌজিক হেক ইখং খংহৌদনা চৎলো ভানগদবসি।

চাওবী – অদুদনি শোইরিবা তাচৌ "হৌদোং ভুমিন লৈবনা চফু ঙমই" হায়বা অদুনিনে, করি থোকলে হৌজিক।

মুখ— হো, মাবু তাল্লবস্থ তানসি। প্রমোদকী ব্বাদি করি হায়রে।

চাওবী— তাল্লবস্থ নত্তেনে, তানগদবনি ঙ সমক অদুগা ঐগীদা হয়েং হেক মণিবু পুখ্রগা থমলনি, অদুগা নোংমা কোক হেক লুহোংথোকনি, ব্বাৎপা মী নত্তে মাগুম্বনা য়াদদুনা মতিকলা?

মুখ - মানা য়ানিংদবরা?

চাওবী— য়াদে, য়াদে মমিং ফাও পনবা য়াদে!

মুখ— ইসঃ লুখ্রেদা শ্রীগোবিন্দ!

চাওবী – নব লৈবননিনে য়াদ্রিবসে।

মুখ— [ য়াম্না খল্লগা ] নমৌবু নংগীদা পুখ্রবদি, নবমা অসিদা অস্থম লৈজবস্থ থোইনা কাইরোইদনা?

চাওবী— তাচৌস্থ য়াওরেদনা করিগীনো নবসিবু অস্থক থমনিংলবসিবু, নপা নচানা কীবু কীবরা করিনো?

মুখ— মানদি কাইবদি কাইদেদো অতো, অদুগা ঐনসু মাঙোন্দা কাইগদবা অসিদা।

চাওবী— অদু ওইরবদি নবদা পীরোনে নচা মুপীসে।

মুখ ভাইখোদা চাওবী নখোয অসি চিনফেন ফখ্রেদা। ইবুং বা হায়গে হাযমি।

চাওবী— [ নব লাকপা উদুনা ] লাকলে অসে লমজা অসে, হুম ওস্তোকনা ধর্ম্ম লৈতেদা মীশিংসে।

মুখ— হা হরে কৃষ্ণ লুখ্রেদা বা অসিদে [ মকোক পাই ]

[ নব চংলকই ]

নব পাজি লাক্লবোয়ে, ইনেসু লাকই।

চাওবী [ মমিৎ খানা যেংদুনা ] লাকইয়ে ইবুংঙো।

নব— পাজি যণ লাবা মচা অসিদি ইমাইপেম্মা লাকনবা য়াম্না বাদোরি, অমুক তোইবা চৌংদদা কাদুনা চাবা, মথন্তা নাইতোম।

মুখ— হোইরকলবরা ?

নব— হোইরকলে, হুয়েংখৈদি থাদোক্লরোই।

মুখ— ফরে, ফরে চংলো চংলো পোথাজরুরো।

চাওবী— হুয়েংবু য়োখিদরনে ?

নব কমদোবা ইনে !

চাওবী— হাযদে, হাযদে ! ইবুংঙো !

[ নব চংগে তৌই মণি থে কলকই, থোংদা থেংনদুনা থৈদোকই মণি শাওনা চংলকই মণিনা কিংনা কপনা বা

ভাংবা হৌই, নব ইমুং চংগে .তৌবা তোকতুনা বা তাহুনা লৈরে ]

মণি — পাজি। ঐদিনে হাযবিহৌরিসিনি। নং শিতুনা তোকচ'নি ইনেনা হায়রিসে ঐ য়ারোইদৌনি। থৌরি য়ান্দুনা হেক শিদৌনি। ঐ ইয়ুম লৈত্রবরা ? করিগী ইনেনা ঐবু ময়ুমদা পুতুনা থমদৌরিবনে', মুংশিদেদা নিপা অদো ঐ লৈরোইদৌনি. শকতাথি, অদুগী ওইরে মানা নহালকা লাক-চবা শান্নিবা।

[ হিক হিক কপই মূখ
তুমিন লৈ, মরু লুকথৈ ]।

[ নব পুমংক ঙকনা মণিদা মূখদা চাওবীদা মথং মথং য়েংতুনা লৈ, চাওবী ফিজিনা হুমাই হুমই, মমিৎ থানা মণি মূখ নব তমক্তা য়েংই অদুগা ]

চাওবী - ইস। হরে কৃষ্ণ! মীগী মতৌ য়েংবদা বারেদা মিৎ ন'রেদা কমদৌসিবা।

মূখ— মুপীমচা! কপকমু মুংঙাইখিদ্রে ইচাশা নথোই অসিমা বুদ্ধি তাওনে।

চাওবী— হুইবু নিংথৌ ওইহল্লবা ফাওবা, খোংউপ চেনবা তোকতে হায়বদো হেক তৌইদকো! কৃষ্ণ!

মণি— তুমিন লৈয়ু ইনে, নংদনিনে হরাগাড়ী তোংনিংবা ইম্ফাল সঙ্গ তৌজনিংব', ঐদি লৌবাই নিংঙোলনি লবাইদা অসুম লৈজনিয়ে, মীনাই মীশল লোইবা পামজদেয়ে, ফু'া দলালদসু

লৈজনিংদেয়ে, চাওথোকপস্থ ওইজনিংদে, পুকচেল খোইজেল তিম্নবা অপংবী মীনা থৌওংনদ্রবী ওইনা অস্থম লৈজগে ঐগী পোকফম ইখুল অসিদা। করি থোকই হায়দুনা শেলনা মী লৈবা থংবরা!

চাওবী— ইবেম্মা ইনেদদি ওনশিল্লককস্থ. ইনে খংনজবা ঙস্মোই, ইমৌদি য়াম্না চিনফেন ফখরে। লৈস্থ লৈজরোই, লাকস্থ লাকচরোই ময়ুমসিদা য়াস্থ ঙংনজরোই কনানবু।

মুখ— চাওবী! নং অসি ওস্থোকপনিদা, অঙাংগা চপ হেক মাম্নেদকো।

মণি পাজি! ঐদি হায়বিরিসিনি ইনেনা হায়রিবসি ঐ ঙস্মোই। অদু নত্তবা পাজিনা হায়বা মথৌ ঐ য়ানি অদুগা ইনে নহোইগী চাওথোকপা ইস্কাল মচাকা পামজদে, মীগী মচাবুস্থ অমুক কোৎতুনা লৈহল্লোইকা হায়রিয়ে ময়ুমদোনা মানা থাকপরা? মপাঙ্গলনা শুদুনা চাজবনি মী সিনদুম থাকপিরি ঐখোইবু। [ শাওনা কপ্পা কপ্পা চংখি, নব অমুক হেন্না ঙকনা লেপই মুখ চাওবী তুমিন তুমিন লৈ মিনিট অমরোমদা মাঙ্গল অদু চিকই অদুদগী ]

নব পাজি! ইনে! করি য়াফমগীনো মণিনা ঙাংইবসিবো?

চাওবী— ইবুংঙো ইনেদদি হংবিরক্লস্থ. ইনে কাস্থ কৌবিস্থ অসোমদা নংগী পাজিদা হংউ।

[ মঙৈ নিক্লা শাওই মমাই লৈথোকেখি ] নব ঙকুই।

মুখ— ঙস্থ! নব! [ নব কমথৈ ] সিনি, নচন অসি চাওরকলেদো

অতুদা মনেনা হ', প্রমোদ বাবু নহাল সিদা লাক্লম্বদো নং খংলেদনা মাঙোন্দ পিনিংই। অতুনা ইপানা ঙসি কার বদা হুয়াও হয়াও হায়বতুদা ইপাসু কদাইনো হায়তুনা বাকাদান ওইনা য়াথোকলুয়ে নচন্নদি য়াশিংলমদ্রে নংসু খরা হায়যু নংনা হায়ব দ য়াম্না লৌই, পিগ্রসি হায়ববু করি হায়বগে ফনা কৈদা নিপামচা ইবুংঙো প্রমোদ অসে অতুগা মীন ..... ।

চাওবী— অথোম্নরেদনা । মুংঙাইদা সত্য মী অপংবা ।

মুখ চাওবী । নংবু ইবেম্মা ফনসু অহল ওইরে হন্দেদকো।

নব— [ ফিভম খজিক্কং কাই ] য়াম্ন কৈনা পাজি কৈ ।

চাওবী অতুম হাযরগা হোয়েলনা ওম্নরা হেক হার্জল্লু খংমন্দে।

নব-- ইনে। ঙসাই হেক চংলকপদগী ইনেনা ঐবু য়াম্না শাওবী হায়বা ঐ চাক চখোম অমতং চাজরিবনিনা খংজে, মীয়েং রাঙাং লোইনা উজে, ঐ য়াম্না আঃ যৌনা খংজে। খজিক্কং কাংথোকপিরকপদতা, সিবি পাজিগী বা অমা, অতুগা মীনা হায়রগা লোইখিদ্রে !

মুখ— হায়বা ঙমদ্রে ইপা ইচিন অসিনা।

নব— অতু ওইরবসু ঐনা খংজরে। তশেংবমক ঐহাক ঐবু হেক পোকপা ইপানি হায়না পাজিবু অতুগা নিপী মচাবু ইচনমকনি হায়না খল্লি। অহানবদা নহা ওইতুনা অয়ানবা রাখলনা চিংলম্নবসু মী ওইবা হাযবা অসিদি মীচিন চাম্মা হুকপা অম্বা নত্তে, মীরা ঙাংনবনা মুংঙাইবা হায়বসি পুম্নমকীনি। ঐনা মফম অসিদা লৈবা অসি প্রমোদ বাবুনা

চিংনরমগ ন। অদুনা ইনেনা নুপী মচাবু ইনেগীদা পুগে হাম্নবনি। ঈশ্বরনা ঙাকপিসনু। ই নগীসু ময়াইথক কসনু, নুংঙাইনা পাননবা বদনাম কোকনবা পাজিনা হায়দোকপিবা ঙমদবা রা অদু ঐ থবক ওইনা উৎচগে।

[ ফিংনা নব ইমুং চংখি, অদুগা নহান লাকপা নুমিৎতা শেৎলকপা মফা মরোল অদু হোংবা চংখি, মতম অসিদা ]

মুখ— [ চাওবীদা ] থজিক্তা হায়বদা অা য়োনা খংজবা মীনি থিনা হায়রে মচৎপা, ফজনা হায়রে মচৎপা, করি কান্নে খোন্দা ফজদবা থোকউদুনা নখোই অসি পংঙে!

চাওবী— অমুক হায়বদা খংদবা মী অসিদি মমিৎ অসিদা থুদোনবীনা থক্, মা হৌজিক লৈবা য়াগদ্রদো পুকসু থন্দবা, জাৎসু তাবা হায়দুনা মথাক থমদুনা করি কাম্ননি। শেংনা দোং দোং হেক হায়দোক্লগা লোইরে।

মুখ— লুখ্রেদা কদাইদনো মানা ঐগী অসিদগী চৎথ্রগা লৈরুগদবা, কাইদ কাইখিদ্রেদা নিপা মচা অসে, নোমখ্রেদা, মানা হাং তমা অনি অসিদা নোমইবা অপোকপা ইচামকসু অদুদা নোম্বীরোই। লৌ হেক থোই, শিং হেক চল্লি, মহোশানা নোমজরকপদি নত্তা হৈদি হৈতা হারদুনা মহাক্লা. হুম! ঐ মমৈদা মাগী পাপ পুগনি মীন হায়নৈ হায়বা ফজদে হায়বা অকাইবা লমচৎ অসিবু ঐবু ঐ মপানিমে লৈমিন্নরিবা ঐবু উদেনে!

চাওবী— তাচৌবুদি কনানা উহনগদগে, তাচৌ মপানে হুরানববু মী উনা হুরানগদরা ?

[ নব থোক্লকলে মফী মরোল শেৎপা লোইদুনা. মণিস্থু কপ্পা কপ্পা খরা তপ্লপ্‌ থোক্লকই ]

নব— [ মুখদা খুরমই ] পাজি ! ঐ পাজিগী লম্মল তোল্লি অদুবু মতম্ম য়াখিদ্রে, লম্মনশিংবা ঙমলমদ্রে, করিগুম্বা মতম অমদা নচানা লম্মল শিংজরখিগে, ইপা ইমা লৈজদ্রব লৈফম লৈত্রবা ঐহাকনি, ইপা ইবুংঙো। নংন লৈফম পিনদুনা চহি অমা অনি অসি থরাই হিংজরকলে নচানা লাম্বা মক্তা ওইরবদি ইপা ইবুংঙো সেব মতোন লোম্লখিগনি মতম অমদা শোয়দনা। নচানা লানখিবা কাইখিবা পূম্বা ঙাকপিয়ু নচা চৎচরে।

[ কপ্পা তোকই অদুবু মপি হেক্তা তারকই, কগুবা খোম্লোক্তা কপ্তি কপ্লগা ]

সুপী মচা ! মণি ! ইবুং চৎলে নং রারোগনু, মতম খল্লা রাখ্রে, অদুগা ঐ য়ুম অসিদা লৈত্রে হায়দুনা মতম অমদা নংগী খুদোংথিবা তারক্লবদা, পাজি সৈত্রবদা ইবুংবু নি শিংলকউ ! [ চাওবীদা ] ইনে অপংবা নয়াবু শাওগনুনে, ইনেগী নিংবা থুংনবা ঐ হেক্তা শিনবা ঙম্বা মীনিনে। ইপাগী মগানিনে ঐসে, নোংমা নিনি অদুক লাইবক থিদুনা ইনেগী নকাদা অকাইবা হায়বদু ওইরম্বনি ।।

মুখ— নব ! নব ! নফী অদু য়ামনা ফৎত্রে অদু পেংতুনা চৎপা

হৌনদে, লাকখো অদুগা কনাদনো নংনা চৎলিবসি ইপাদা তাকপদদি তাক্লমউ !

চাওবী— বা শাংখ্রেদা তাচৌসে।

মণি— তুমিন লৈয়ু ইনে নং !

নব পাজি ! অসিতনি ঐগী অশেংবা ইপোৎ ইরল, অতৈদি পাজিগীনি অদুগা লৈফমদি পাজি কনাগীদসু ওৎলরোই হন্দক্তি, মী পুম্নমকপু শেম্বীরকপা, য়োকপিরিবা ইবুংঙো মাগী মনাক্তা লৈজগনি। [ চান্নবা থোকখ্রে ]

মুখ নস্তেনে !

মণি [ মপি শিন্থতুনা ] তামো ! [ মিনিট অনিরোম বা ভাংদা লৈ।

" লাইট "

---

তরেৎশুবা উৎপা

## "প্রমোদকী কা"

[ শুমিদাংবাইরম চন্দ্রা লাইরিক পারমই মধু চংলকই ]

মধু তামোদি ! তুমই ! নত্রা ?

চন্দ্রা— অমুক খুম্মুদবসু য়ারেদনা হংবা খুম্বা অতুম অমুক্তেদা পুল্লপনা পাংথোকখ্রবনিনা !

মধু— তুমই হায়বা অসিনা চুমলবদি রারী মতেক অমতং হৌদোক-তুনা ভাইহাক্তং থোইদো শাওগৎনরগা নেমনবা কৈদনা।

চন্দ্রা— ঐদি ইথুমবু খুমফম লৈত্রেদা ৱাহংগা পাওখুমগা কেনশোল চৎনরবনিনা।

মধু— মীগীদি কুঠী পুদুনা চৎনখ্রেদো ঐখোইগীদি কুঠীগী পাৱাদি লাইরদুনা চিন কাংজৈদা নুংগাই লংনবা লোইত্রিবা অসি-নিনে।

চন্দ্রা— মুমিৎ খুদিংগী অমো-অনৌবা ৱাঙাং অসি পুথোকলকইদকো, মসিবু ম্নাম্না মুন্না খন্দুনতা লৈরিব্রা নত্রগা চিন্দা হেক হেক্তা লাকলিবা জ্বাৎলা খংনিংখ্রেদা।

মধু— কুঠী য়েংগন্নুসিদা ঐখোইগীদি হয়েং কুঠীনা অমুক বৈরী ওইরবস্থ খংদে, পক্কদে কা হায়দুনা কো।

চন্দ্রা— পক্কবদি কদাইদগী পক্করমলগবনো, মীকুপ অমতা উনবদা হিগাইবাতা ঙাংনদুনা লৈরবসিদবু।

মধু— মতম অদুদদি ঙাংনয়োই, মরমদি হৌজিক্কি ঐগী ঐগী হেক খাইবোক লৈনরিবনিনা।

চন্দ্রা— মতম অদুদা হায়বদি।

মধু— চন্দ্রাবু মধুনা ৱা ঙাংনবদা জয় ওইদুনা মোংবা ইরান রাইদা পুন্সিগী লোইনবী ওইনা খমজবা, মতম অদুদা অওইবনি চন্দ্রা অদুগুম্বা নুংঙাইরবা পুন্সিগী মং অদু তাইবং ওইনা ৱা খরন্থ ঙাংঙু অদুগা করম হায়না মং অসিবু মীকপ থিন্দনা থোক্তুনা তাইবং ওইগদগে হায়বা বুদ্ধি থোকপা ৱা খরম্থ ৎৌদোকউবা।

[ প্রমোদ ক্ষিংনা চংলকই ]

প্রমোদ— কয়া কুইয়ে বন্ধু।

মধু— আঃ আঃ হৌজিক্তনি "হোদোকউবা" হায়য়মইবসিনি।

[ চন্দ্রা ইকাইনা চংখি ]

প্রমোদ— ঐনা ভুম্বদা মং মংই হায়বা করম্না থংই।

মধু— করি বা !

প্রমোদ— মং তাইবংকা হায়বা বা অমা তাখিবা !

মধু - ওঃ মং মুংঙাইরিনি হায়বনিমা ! লাকত্রিদনা ইনে।

প্রমোদ— থংদেনে ঙসি নিনি হুমনি শুরে।

মধু— মখোই পাস্থি মথং মথং য়েংনরিনি কুঠী পুখিবদুনা !

প্রমোদ - য়ারবদি নবু তাস্তোক্তনি অদুগা মহাকপু ইনে চাওবীগীদা পুরক্কনি হায়খি।

মধু— এঃ অদুদি শোয়ত্রে। ঐ ঙরাং সন্ধ্যাদা শিংজমৈ বাংমগী পঞ্জা হোটেলদা নব হায়বদু মানথ্রবা অমা থেংনরমই।

প্রমোদ - অওইবা ! অদুদি করিগী ঐঙোন্দা হায়ত্রিবা !

মধু— ঙরাংদগী হৌজিক্কা উনরিবা অসিদি, অদুগা মূরস্থ খংদে !

প্রমোদ - মুমা য়েংলগা অহিং ঐঙোন্দা চেল্লকুনা তম্বদি কদোই।

মধু - থাজদবা, নবনা অদুমা গঞ্জা থক্কুনা মফম অদুদা লৈগনি হায়বা !

[ মপালদা ]

[ চাওবীনা ] "ঐখোই ইবুংঙো লৈরিনিনা" হায়রকই !

প্রমোদ— ইনেবু লেংশিল্লকউ !

মধু— [ Pause দা ] ফাওরকলে নোংগী মরক্তা, প্রতিপদকী থাজ

লেংঙকলে মনে ইবেম্মা, প্রমোদকী শজাইদা তুমরনি সুকপি মপাও হাঃ হাঃ লা ; লা ; লা।

[ চাওবী চংলকই, মধু মা লেপ্পই ]

প্রমোদ— ইনে করি পাও ?

মধু— সুংঙাইহনসিকো - ঐস্তু, বন্ধুস্তু, ইনেস্তু চন্দ্রাস্তু।

প্রমোদ— ঙাংখিস্তু বন্ধু !

চাওবী মা লোইরে মণি পুরকলেনে ঐখোইদা।

মধু— বন্ধু ! চন্দননা উৎফুল ফাবনি, কাপী লৈজেং লোইবসি লৈগী শৈয্যা শেম্লসি, মরূপ মপাং পাওজেন্নসি, শাগৈ ঙাই-খোমলসি চন্দ্রা দেবী থাজবসি আঃ আঃ !

প্রমোদ শাংথরকুসি।

চাওবী— ম ইদা ঐদি ইবুংঙো মধু অসিগী মতৌদি।

প্রমোদ— করম করম তৌই ইনে।

মধু ইনেগী করি করি হায়বস্তু খরা মরাংসি, চন্দ্রা কৌথোকপগে ইবেম্মা চন্দ্রা সোমদা অমুত্তা।

প্রমোদ— অমুক কৌদবস্তু করি করি কা-হৈ পুরকত্ত হেক্তা খুম-খোবা।

মধু— ইনেগী বারোইপোৎ করি করি হাবা য়াবা খরা ফিজনা।

প্রমোদ— হায়বিসি ইনে হায়বিসি।

চাওবী— ঐনা হেক য়োবদা নব হায়বা লমজাস্তু হেক ঙাক্লোকলা-নিদনা, মণিদো ফনা চোংজৈ ঐগীদা লোকখা নিনি লৈবা ভাই হেক পুরকপনিদবা।

মধু — ঙা মুংঙাইমল্লি মমৈদা খুম্নৌ থাংলগনিকো ঙা অসে।

চাওবী— ইবুংঙো মধুসি পাঞ্জি হৈবোইনা।

প্রমোদ — বেড়া চেল্লবয়নে।

চাওবী— মুপীমচা অসি মাগী দশা কয়া পাংদে অদুনা লুহোংবসিদি খন্না তপ্না ভাইনে, ঐ পাঞ্জি অহুম-মরি চৎলকলে, মাগী চহি মত্তাং অসিদা লুহোংফাল কম্মু হায়বা শুকলৈ লৈতে হায়রি অদুগা ইবুংঙোগা মাগা অসি ইবুংঙোনা মাগী শেন্মীবা শাবিবা হায়বা অদু থোকইয়ে।

মধু— লুহোংফাল লৈতবা অদুগীদি অরাইবনি হেক চেল্লগা লোইরে।

চাওবী — অদুনি ঐখোইনা খন্নরিবসু অদুনা মণিবু ঐগীদা মুমিৎ মতা-তরুক নিদং থমখিগে ইবুংঙোখোইসু অদুক ঙান্না ঙাত্তাই মশানবা অদুগা মুমিৎ অফবা অমদ নেংমা নামা অমতং থাংলগা!

মধু— মানি! মানি! মনে ইবেম্মগী ঙা অসি য়ারে।

[ খুবাক খুবা ]

চাওবী — অদুগা ইনেনা হায়্রজনিংবনা।

মধু— [ খুৎকাপী কাপ্পুনা লুপা নত্রা হায়না হংবা ] মানি প্রমোদ বাবু, মুপীমচা অদুবু শেন্মীসি হায়্রবদি খন্নতং পিথিগদবা অদু ইনেদা।

প্রমোদ— অদুগীরানে! [ প্রমোদ হৌগৎতুনা ] নেভর মাইন্ড ফোর ভেট।

[ ইমুং চংখি, চন্দ্রা অচা-অথক কা পুতুনা চংকই ]

মধু— ঋারোই পোৎনিদনা সে য়ানিংলব্রা ? [ চন্দ্রাদা ]

চন্দ্রা · ঋারোই পোৎপু নিপা ময়ুমদা পুব হৌনবরা।

[ চাওবী ইঙক ওক্লা য়েংদুনা তাই, প্রমোদ লুপা মপুল অমা পুদুনা থোক্লকই ]

প্রমোদ— সে ! ইনে লুপা লিশিং অমনি, অসিনা শিননখো, লেংথোক্লসি ইনে পেংখ্রনি, বন্ধু ইনেবু থিন্দোকলুসিনা।

মধু— জরুর ! জরুর ! [ হৌগৎপা ]

[ প্রমোদ, চাওবী. হান্না থোকখি

মধুনা চন্দ্রদা মুন্না য়েংলগা ]

ওসিনা মওং অমা, হয়েংনা মওং অমা, মওং মথং মথং হায়বদুনি।

প্রমোদ — [ মপান্দগী ] অমুক চিংথগৌদোরিবরা ?

মধু— [ খোংনা ] এঃ লাকে !

ড্রোপ

---

# ২শুবা অঙ্ক

## ১বা উৎপা

### "গঙ্গা থককম"

ঈশৈ শকপা [নেশা পাল্লদুনা] মীওইবা হায়বা অসি অওকপনিদকো মী কাংবু অমা লৈরিয়ে ঐখোই গঙ্গা থকপা মী অসিবু মহাভুত শপংবনি হায়দুনা নোকনবা।

তাম্বাবা— ঐখোইনা মাখোইবু অমুক নোক্লরিদো, মখোই অসি অঙাওবনি হায়দুনা— অসি য়ৌনা নুংশিগ্রবা মুংঙাইখ্রবা স্বভাবপু সিদ্ধ ওইনা পিবা ঙম্বা হিংাক অসিবু জগৎতা লৈবা হৌনবরা ? অনিং অনিংবা লম্বীদা পুবিবা ঙম্বা, দোলাই তোংগে, পূকচেল শেংগে, ভক্তি লৈগে, পুনিংবা রাগদা পুবা ঙম্বা হিদাক অসিবু করি মাখোইনা তাথি-বিরি ? য়েংবিয়ু নোংমা নুমিৎ চুপপা অমা পাঙ্গল তেকপা মখে নোমলে অদুগা সন্ধ্যাদা ভাইহাক্তং নাম শোন্দুনা নোংমগী অরা অনা কাওদুনা ঐখোই মখেদা তিন্নজদুনা লৈত-লাইরা শেগা মাইগা খন্নজদুনা পানজবা ঐখোইবু নোক্লরগা মাখোইগী করি ওইজে হায়বগে।

পুংয়েবা— মখোইগী য়ু থকপা চোইরোন লোনবশিং অদুনা করি হেল্লি হায়বগে ? লম্বী মপাননি, য়ুমনি, কুম্মে য়েংকমনি হায়বা খাক্তবা নুমিৎ চুপ্পা চোইরোনতা লোন্দুনা লৈবশিংদো।

ঈশৈহনবা— মীওইবা হায়বসে ওম্নোকপনিদকো ওম্নোক্লা ভাব তাদেদা ঐগী ঐগী ওইজনবতা হেক লাকনৈদকে নোংমা নিনিদং হিংবা অসিদা সংসার শেম্বা ঈশ্বর অসি রারিনিদকো, মীওং য়ামখ্রবা হায়র্বনিমা।

পুংয়েবা— মীগীদি ইবুংঙো, ঈশ্বরগী মথাদা লৈবা থবক পুবিনবা মী মতিকচাবা অফিসার য়াম্না লৈবনিনা করিস্থ রাবি

পোৎ নত্তে— বৈকুণ্ঠদা মুংঙাইনা শ্রীমতি কমলাগা লোই-
নবা লৈরিপোৎনিনে।

তাম্বাবা— ইহে ঐখোই ওঝাগীদো তান অমা চৎখ্রে।

নব— শোয়নে ঐস্থু খনজরিবনি [ গঙ্গা শেন্না ২ ]

পুংয়ৈবা— করি ভাব চৎলুদগেনে, ঈশ্বর হায়বা অসিবু ঐখোইনা পাল্লিবসি মঙাইনে যেমন ঐখোইগী ষ্টেট অসিদা পাল্লো, মিংথৌ অদুনা মখাদা দরবার, প্রেসিডেন্ট, আঃ দরবার মেম্বরদগীনা চপ্রাসি ফাওবা অসি মঙাইনে শ্রীবিষ্ণু দেবতানা নিংথৌনি ব্রহ্মা খোইনা চীফ মিনিষ্টার, হোম মিনিষ্টার চার্জ পুরে, চাফ জর্জ্জ যম লৈরে, বরুন্না ঈশিংগী থবক পুরে, চীত্রকুপ্তনা ইন্টালিজেন্ট অফিসারনি, না দ রাষ্ট্রাদূত ওইরি, অথোইবা অকবা প্রোপেগণ্ডা মথৈ পাংথোকলি। মহাদেবনা সবডিভিসনেল অফিসার ওইদুনা জঙ্গল সেক্সন লৈখ্রে, শোরারেন্না পুলিশ ডিপার্টমেন্ট পুখ্রে, হায়রিবা লাইশিং অসি মতিক চানা চানা থবক পুম্বা মেক লাওদনা পুখিবনা লাইগী প্রজাদগীনা মী প্রজা ফাওবা ইংনা লৈরিবনিদো ঐখোইগীদি অদু নত্তে।

ঈশৈহনবা মীওইবা হায়বসি ওন্থোকপনিদা, ঐখোইগীদি অঙম্বা মতিক চাবা থবক শুবা হৈতবনিস্তু খংদে প্রজা মতিক চাদবনিস্তু খংদে, মনা মনিন কয়া নাইনখরে, হা ইঞ্জিনিয়ার মতিক চাদে, ভুরেল কাইদুনা ঈশিং থুমলে. থোং শাখ্রে, উকু তৎলে, ইনকম টেক্স হেন্না পৌরে,

হুম্নানবা থাদোকপিরে, ক্ষতিপূরণ পিদ্রে, খাজনা হেন্না লোরে, ষ্টেটকী শেল মাংহল্লে, ডাক্তরনা অনাবা য়েং-বিদ্রে, হিদাক ন্নাংলে অসিনচিংবা ন্নানা থোকনরিব্বা, মিটিংনা তোইরিবা লম্বীদা লাংইবা।

তাম্থাবা— লাইগীস্তু পংশোয় শোয়নব্বিবনিদা অদুদা মাখোইনা ভাব তাবা খন্না হেনবনন্না অদুগা মাখোইনা চাওবা হেনবা অদুগা ঐখোইনগা লাই নত্তবনিনা ভাংভুবা ভমদদুনা তৌবন্না করিনো খংদে, ঐখোইনা লুনা নিংখ্রবা বিষ্ণু গোবিন্দ হা মহাদেব মচা পোক্তবা মীনা মচা পোকহন্দে শাওরিবা, লাইরবা মীনা ইনাক খুলহনদে, চৈরিবা মতম লোয়দুনা শিখ্রনা মীগীস্তু ঐগী ইচা শিহল্লে শাওনরিবা।

নব - অচুম্বনিদো ঈশ্বর হাকিবু মাইকৈ অমদা য়াম্না হোরিদা।

তাম্থাবা - হায়রিসিনিনে, অচৌবা লাই কাংবুনা ওইহনগে নিংবা থবক্তা থিংবিনবা নৈতবনিনা মাখোইনা অন্নানবা তৌর-বস্তু লাল্ল, খংনা খংনা হায়রুবা ভমদবনিনা তোকলে হায়বা, মহাদেব ইবুংঙো খোইশিমকনি, মখোই বরপিনিংবা হিংচাবা কয়াদা মনিং তম্না বর হেক পিথোকউ হিংচাব্বা অদুনদি হেক বর ফংলবনি নৈখৎলক, কয়াদনো অমুক অমুক লাই ময়ামসিনা শিনরিবা ন্নানরিবা, অদুগা শ্রীবিষ্ণু দেবতা অসিস্তু ইবেম্মশিংগী মফমদা হায়দোকপদা বাক্য দোষপুদি ওইরিবা অচান-মীন্নাই নাইরুদুনা শোইনখিদুনা

চুত প্রবর নায়দ থাদু· খৎনহনবা কযা তাইশিনহনবনা কয়া ভাব দাদ চাদব। থোকনখিবা লালনি।

নব মীওইবনা মশাগী দোষ ভদবগুম ঈশ্বরস্ তু মশাগী দোষ উদবা তাইয়ে।

পুংয়েবা মনাক্তা লৈজরিবা মাবু নিংজরিবা ভক্ত ঐখোইনা, ইবুংঙো মাবু শোনজবা ওংনা ইবুংঙো মাগী দোষগুণ মযাম অড শক্লগতা ঈশ্বরনা পেনবিবনি, অদগা ঐখোই মীওইবাদ অদু নত্তেযে মাগী দোষ খিত্তং ভাংউবদা হাৎলো তুপণ্ড আসদনি এন, ঐখোইনা শোল্লিবা নাম অসিবু শ্রীকৃষ্ণগী, বিষ্ণুগী, মহাদেবগী মখোই মখোইনা চৎপা শাজংশিং অদু মতিং ফংনা ফংনা হাযবিবা নত্রা? হা গোপীগী ফা চুরানবা, গোপীগী শাড়া শেৎপা, মখোন চুরানবা, গঞ্জা থক া, ভাং থকপা, ফী শেৎতবা, কৈ মউল শেৎপা অসিনচিংবা অসিবু ঐখোই মশেল হায়-নরুরবদবু াশনরোইদ্রা হাযমি।

ঈশৈহনবা — ঐখোংগী ভাব অমদা চৎখিদোরে নাম শোল্লুসিসে অরেম্বদা লম্বীদা পুন্সি হৌখিগদোরে মতম যাম্না মাংহনখরে "বন্দে মাতরম" "বন্দে মাতরম"।

পুংয়েবা ইবুংঙো নব। নংনা নহা থোকই যন্ত্র অদু খরা থাংউ! [ নবনা হারমণিয়ম অমনবা অমা থাংদোকলকই, তবলা পুথোল্লকই, তান থানবস্ পুথোকলকই অদুগা পুংয়েবদা পুং ঈশৈ হনবদা হারমণিয়ম, তাম্বাবদা তান, লানশিল্লে,

ঈশৈ হনবনা হারমণিযম পায়দুনা সূর তৌবা হৌরে ]

[ ঈশৈ ২মা শকলে ঈশৈ অদু তান কাইদুনা ময়াম পুম্নমক অমগা অমগা থৎনরে, অদুদগী কাইদুনা চৎখ্রে ]

"লাইট"

---

## "লখী"

[ নুমিদাং পুং ॥০ তাবা মতম, পাখং মচা থাওই থৌওইদবা খরা "পহলে যো" নচিংবা সিনেমাগী ঈশৈ ঙংদুনা হঙ্গৎহন্দা চৎলি পাখংনা নুপী একাগাড়ীদা ফৈনা হাপ্তুনা পুবা জাংস্থু যাওই, অমা অনি চৎখ্রবা তুংদা ফিংনা মণি শোক্লকই। হুঙ্গৎ হন্দা চৎলিবা মীশিং অসিগী মওং মতৌ উবদা মণিনা ঙকলি মমানা পোকৈংগী অমুক্তা উদবা থৌওং অদু উবদা মুন্না চিংনা চিংনা যেংদুনা চৎলি মী ময়াম চংখ্রে, মণিতা ঙাইরে, মতাং অসিদা চাওবী থোক্লকই ]

চাওবী— অঙাওবা। অদম ক্তৌনবরা ঙাইখোনে হায। মী অনি- দুমা ঙাওদুনা থিহৌরি [ প্রমোদ খোইদা ] হা ইবুংঙো খোই' সিদা লৈরে। অঙাওবী মীনা নোক্লখিনিনে হায়।

মণি— অসিরা নখোই ইম্ফাল মচাশিংগী শাজৎ নিপাগা নুপীগা হঙ্গোইনদবা শাজৎপু লৈবাক থোক্লা উংলগা করি কায়ে, অসিগীরা ঐবু ইম্ফালদা লৈহল্লিবা শাজৎশিং অসি তম্মীনবা !

চাওবী— তুমিন লৈয়ু অঙাওবা, মী য়োরকলে, নুংঙাইত্রা নং অমুক্তা

উবা ফংজবা ? ঈশৈনা মুংশিনা শকলিবা, জগোইনা ফজনা শান্নিবা, মীৎ ৼুম ইপেন পেল্লি।

মণি— পামজদে নংগী কুমৈ ফিয়োং হৈনজদে ঐখোই, মীৎ-না ইথক থক্লদুনা করিনো মুপী মথৈস্ চুরুট থকলে, নিপাগা থংনা থংননা হেক ফমলে। ছঃ হৈনজদে, ঐখোই লৌরাই মুপীদি ইরাং পামজদে !

চাওবী— মীওইনা পোকপবু রাগে হায়দনা পোকপরা ? মুপী ওইবী ঐখোইগীদি মচা মরাগী মপান্তনা মুংঙাইবা হৌনবনি। প্রমোদপু অমুক য়াম্না তাথিনা খল্লিবা করিগীনো, নব হায়বা চুদংনবা অদুগা য়াম্না খেন্নরিপোৎনি, মশক শাগৈ জাৎ য়ুম্বান কৈবান য়েংউ নব হায়বদুগী ময়ুম উনিংবরা ? আতু আদা উরিবা শঙ্গোই মচা অতেকপা অমা লৈরিবা অসি উবরা অসিদানিদো মানা লৈরিবা, প্রমোদ বাবুগীদি উরেদনা দুইতলানে করিনে, কোম্নুংগা মান্ননা পাল্লিবা অসিগবু পারুরিব্রা, নংগী শঙ্গোই চিতেকপা লম্বালসিদা মীনাইদোনা লৈরুগে হায়বরা ?

মণি— অসিদা লৈবরনে ইনে !

চাওবী— ইপা ইপু নরোক তাথ্রগে অসিনিনে। কান্নদে হায়বা ইনেনা নংবু মুংঙাইজসনু হায়না শিনবনি, মী অসি য়ৌরকলে অঙাওবী, নংবু পংমুনে, নবুক মমুংদা হৈনদ্রবসু নচিন থোকপা হৌনদেনে অপংবী নংবু কমদৌসিগে ঐদি মাগী মতৌ অসি। [ থরাই রাবা ]

[ প্রমোদ চংলকপা ]

প্রমোদ— লম্বী মাংঙোইগদো কদোমদা থোকনখিবনো ?

চাওবী— ইবুংঙো ! ইবুংঙা

প্রমোদ— করি চাখিনি।

চাওবী— ওকলেদা।

প্রমোদ—[ মসিদা ] হৈনদ্রবরনে '

মণি—[ খানা য়েংলগা লৈথোক্তুনা চৎখি ]

প্রমোদ— লম্বী মাংউবতুদা শাওরিমাল্লেনে। [ চাওবীদা ]

চাওবী - মানি ইবুংঙো [ পুকনিং শেপ্পা কপ্পা ]

প্রমোদ - হায়েৌনু হয়েংদি গাড়ী পুরক্কে, গাড়ী থাদুনা থম্লবদি কাওদেদনা করি হায়বগে।

[ মণি হেন্দোক্লুনা মশক উখিদ্রে ]

চাওবী— অঙাওবীনি ইবুংঙো বারোগনু নখুৎ চানবা শেম্বীরো হায়্রসি ঙাইরে, হয়েংমক শোংবিনু, হয়েংগা পুরবদি মহাক মপুক খরা ফাবা য়ারনি।

প্রমোদ— নিতিগী লেংসি হায়রিবনিনে ঐদি ! [অনিমক চংখি]

[ মধু, চন্দ্রা থোক্লকই ]

চন্দ্রা— তপ্পা চৎখ্রেদকো, ঙসিনা অরোইবী খোংচৎতু মঙাইরে মী আঃ য়োখ্রে।

মধু— Love Scene দা অয়োবী উৎপা অসি উবদা খোংথাং থোকখিদ্রে পুক্লিং অসি নৌখিবনা খুদোম্না লৈপাক নেৎপা নেৎপা য়াখিদ্রে থম্মোইদা অনৌবা রাখলগী ঈচেম্না চাংজৌ পানা চেল্লকলে। [ Pause ] তোরকই ]

চন্দ্রা — ইসে লম্বীনে ২ম্বী কাওরমাল্লে।

মধু - Oh ! I am sorry প্যারী চন্দ্রা Thank You !

চন্দ্রা— স্থম হেক [ মখুৎনা ম'চন মেনবা মধুগী ]

মধু— [ মধুনা চন্দ্রাগী মখুৎ লৌথোকপা তপ্না অভুগা ] বাঃ বাঃ
Notable event [ ফুরিৎখাও হুম্বা ] ডাইরি য়াওরকত্রেদো।

চন্দ্রা - করিগীনো ?

মধু— নোট তৌহোগেনে !

চন্দ্রা— ঙসিনা লোইরগ খোদোক্লুম্বা ।

মধু— অতৈ মতমস্থ লৈখিদ্রা ?

চন্দ্রা — লৈনিংদ্রবরনে ?

মধু - ওঃ ! আই 'স, অদুদি ডেম কিয়ার ! ফুল ষ্টোরি
ওইনা ইরগে ! কম ওন ।।

[ চৎখিবা ]

**"লাইট"**

---

## ২শুবা অঙ্ক ৩শুবা উৎপা

## "নবগী ময়ুম"

[ নুমিদাং পুং ৮/৯ তাবা মতম নবসিংহগী লম্বী মপালদা লৈবা শঙ্গোই অফৈবা কা ইহাং হাংচুনা লৈবা মন্নুংদা য়াগী অমনবা হিদান অমগী মথক্তা নবসিংহ ফম্লমই, গঞ্জা ভাম্বক

অমা হাওনা চিংলমই অদুগা মৈথু য়েংদুনা কাম্বথোকখি-
নব অসি কয়া কল্লা কেদে]

নব— [মৈথুদা য়েংদুনা] বস! পুন্না ওইরে। নংতনি ঐগী
চাননবা মরূপ অসিদগীদি ঐবু পংথহল্লনি, মুংঙাই মুংঙাইবা
থাখল মচেৎ মচেংকী ইথকী জগোইদা লূপ্পনি, খনবদা কোক
চিংথাগবা, থাখল কয়ানা ঐবু পুদুনা শান্নরমই হৌজিক।
হে জগৎকী মহি ময়াই ফাওরবা দম লাইরেম্বা। নংগী নপাম্বা
ঐবু নিংঙাইদবা থাখলদা তপ্পা তপ্পা উইহন্দুনা পংথহনবিরো]
। অমুক গঞ্জা কল্লা চিংই, মতাং অসিমক্তদা ফিজেৎ লৈতেং-
লবী মমিৎ মনা তথক তথক্লবী মণি চংলকই নববু উরে
ফিংনা নব তম্না চংলকই নবনা হিদাক থকপা লোইদুনা
মৈথুগী মরি অচোবা অমা কামলকপগা লোইননা মণিগী
মশক ডরকলে]

মণি—! এগী অঙাওবা থোপনা লৈদুনা জগোই শাবদা
ভাবকী মিৎনা উরিব্রা? মহাকপু মতম কুইরবগী তুংদা!

মণি— তামো! মতম অমদা চুরুট ফাওবা থকলমদবা নহাক্না
ঙসিদি গঞ্জা ফাওবা থকলবোয়ে?

নব— উম! মতম অমদা ঐগী য়েক্লবা ওইরম্বা মৈথুগী চিঙ্গাক
অসি ঙসিদি ঐগী চান্নরবা মরূপ ওইরে।

মণি— করিগীনো? তামো হায়য়ু মরম অমুক্তা হায়য়ু।

[খরা চংশিল্লি]

নব— ফিজেৎ লৈতেংলবী মণি নববু থাংমৈশোংবমক ভাবা নত্তনা।

[ খিল্লি অমস্তুং ভুকই. মণি বা ভাংদে ] ও! থাজৈশেংবা অতুদি করিনো ঐনা হৌজিক হায়খিবা বা অদো বা অদো। ও! ও! খংলে, খংলে ভাব তারকলে করিগীনো হায়বা মতম কুইনা কাও-বা য়াদ্রবা নুংশিনবগী থৌরিনা পুল্লবা নহাকতস্তু কাইনরবদা. করিস্ত্ত লৈতবা মৈথুগা মরূপ ওইববু অদুক লুনা হংলিবা করিনো ?

মণি-- তামো নহাক ভাওরমাল্লে!

নব - ভাওদে নিংথিন' চুথরবা শুদুনা কোল্লরোইদবা নংগী বাখলগী মচু অদু হৌজিক ফাওবা ঐগী থম্মোইদা লৈরি। অশেংবা বানি ঐনা হায়রিবা বা অসি অশেংবনি।

মণি – তামো!

নব— হায়য় মণি! নহাকনা ফিজেৎ লৈতেংদুনা ভসি লাকপগী মরম! ঐবু ল'নবা ইনাক খুনবী ওইগদৌরে হায়না!

মণি - নত্তে! নত্তে বাখল অদু লাল্লে।

নব— মানি! মানি! ঐনা হায়রিবা অসি চুগই। ঐবু লক্কনিংবগী বাখলনা ভাওথ্রদুনা অহিং অমম্বা অসিদা লাপথ্রবা তামথ্রবা জমদর্ম অতুদগী অসি য়োনা লাকইবনি, ঐ খংই।

মণি— য়াম্না ওয়রে, ঐ ইম্ফালদা লৈরে ইনে চাওবীগী য়ুমদা, ভয়াং সিনেম য়েংবা লাকপদা ইনে চাওবীনা নহাক্কী য়ুম অসি তাকই। ভসিস্তু ঐখোয় সিনেমা য়েংবা লাকই মাখোই পুম্বা সিনেমা য়েংহৌরি নংবু উনিংবগী মৈনা কনখিজুন্না চেল্লকইবনি।

নব— অদুনদি নহাক ঐবু লক্কনিংবগী ৱাখলনা অহিং অমম্বা অসিদা করিগুম্বা ভূত প্রেত ফাওবা কিদ্রে নপ্রা ?

মণি— লংনবা হাযবা ৱাহৈ অমনা ইতং তৎতনা ঐবু ম্নাম্না চিংনহল্লে।

নব - অদুনত্তবদি করি ওইনি। মতম খরতা মঙাইরে ইনাক খুনবী ওইদুনা প্রেমে দনী যুমদা ঙানগদবা। অদুগা চাকনিবা নবগী খাংপে কতা অ শা পুম্নমক্কী বাংদা ওইথোকত্রবা শকলোন কযা মরুম পুদুনা।

মণি — নহাক্তি গঞ্জা থকলে নেশাদা তাওবে. ৱাখল খুদিংমক কৈনা চৎখ্রে অদুনা।

নব— অশেংবা ৱানি ঐনা হার্যরিবসে।

মণি— খংলে মগম অমদা ঐন হাযব ৱাতা ইএমই, চুরুট ফাওবা ঐনা থক্কনু হাযদুনা থকখিদে অদুবু নহাক্ন। ঐগী পুকনিং খংদবনা ঙসিদি ঐগী ৱা ঙাংনবা পাঙ্গল পিদ্রে লম্বী পুম্বা থিংলে।

নব— ঐনা ফনা নঙোন্দা লম্বী পিদুনবু ক’র কান্নগনি মণি খুৎ থারবা অনাবদা অমুক হিদাক্কী গুণ য়েংখিগদ্রা ?

মণি— হৌজিকমক ঐহাক ধর্ম্ম কাইরবী প্রমোদক্কী ময়ুমদা লৈবী নক্রিদনা, নহাক্না করিগুম্বা ঐগীদমক লেপ্পিরবদি।

নব— হাঃ হাঃ ওইথোক্তবা ৱানি, মাদু থোকনবগীদমক নবনা ইক্ষালদা চেল্লকপনি, চাহৈদ্রবা নেশা চাবনি থম্মোইগী

মৈচাক কোরুব', নিপা ওইনা পোক্লগা কাপুরুষ ওইদুনা লোম্না হুরানবা শাজৎ চৎ না কয়িগী অয়স্থা উৎচকনি।

মণি— ফরে তামো, ঐহাক মতম খরা ইনে দা লৈগনি ইম্ফালদা, পংলনা ইপান লৈপিংবী ইনেগী শরৈদা লুপখিদুনা, অফ-ফত্তা জ্ঞান মাংলিংঙে অসিদা কয়িগুম্বা থোদোক অসিনা থোকপা তারব। অদু ওইরবদি ঐহাক ইথন্তা শিজগনি। নখোইদি নিপানি তরামচা শিন্নদুনা নেশা চাদুনা অরাবা খাংবা ভমই, কাওনবা লোংনৈ অদুগা ঐখোইদি নুপীনি শিবা নত্তনা ঐখোইগী মপা লৈতে [ কপ্পা ] হায়জবা পুম্বসু তাবিদে।

নব— [ মমিৎতা মপি চত্তম চত্তম শিন্থরকলে ] কয়ি উপায়নো হৌজিক মতম হেনখ্রে হায়বনি, লাল্লবরা ?

মণি— মতম য়াম্না লৈরি নহাক্ত ঐবু ক্সংশিরবদি।

নব— হায়য়ু।

মণি— অদু অদা থংদে ঐদি, নোংমা কেক লাকদবনি মখোইনা ঐবু নত্তবা লিচং চৎলগে খনব নুমিৎ অদুদা।

নব— মতম মতম অদুগী য়াগল অময়ুং থবক হায়বা অদুনিদনা।

মণি— ঐ চৎলে লৈবাক থৌদুনা ঐবু থিরম্লগনি ঐ অসে শাদানবনা লাঙ্গোই চল্লবী শক্তি অমোমগুম্বীনি হৌজিক।

নব— চৎলু ঐ খিনবিগে।

মণি— অদুগা তামো নহাক! [ মখুৎ অনি পাইশিন্দুনা ] অমুক

হন্না গঙ্গা থকখিদ্রে ? থরুবদি ঐদি কত্তে হায়ন্নু। হায়ম্রো থকখিদ্রা থকলোইদ্রে ?

নব—[ মুন্ন মণিবু য়েংদুন ] থরুরোই।

[ অনিমক থোকখি ]

"লাইট"

---

## ২শুবা অঙ্ক

### ৪ব উৎপা

### "মাঙ্গল" [ মুখগী ]

[ মতম— অয়ুক পুং ৯ তাবা, মুখ হিদাক থক্তুনা অৱাবা ভাব অমা থন্দুনা লৈ ]

মুখ— ওঙ্খোকপনিদা ঐগী লাইনক অসে, করি নত্তবদা নব অদুম্ তাঙ্খোকখি ঐগী ইতেংনি হায়বা কনামতা পাংবিনবা লৈত্রে-দোসে, কদাইদগীনো চাওবীনা পাউ অমা হেক পুশিল্লক্তুনা ঐস্ম ফগদবোই থন্দুনা মুপীমচাম্ থাদোকউ, চাকমক্না থোংবিনবা লৈতে অবস্থা অসিদা মুপী-নহা খিকবম্ মতম লিংখি ঐ যুদ্ধান অমা থোক হেক হোংলেদো. ঐগী অবস্থা অসিগা হায়নবদি ইচানম্ পাম্বা নবগুম্বা মরম ওকপা অজাহ অমা কংজনবম্ কোক হেক য়াওং ইন্দুনা লৈহনবনাম্

ফরমদৌনি কদাই প্রমোদ অসিদি ঈথক-ইরাংগী মী ওইনা, ভৌরদুনা নোংমফাও হুন্না য়েংবিরমদবা জাৎনিকো ঐ কুমিং লৈতেদো নব অড়দি শিজিন্নবা থাংগনিকো !

[ চাওবী চংলকই ]

ঐম্না : মুপীমচা চাওবী নং লাকপোরে কদাই নমৌদি !

চাওবী—মনি লাক্কে তাচৌ ! [ ঙেক হেক ফমথৈ ]
ইমাইপেম্মা বাদৌরিদা কমদৌসিগে তাচৌ ।

মুখ - করি তৌরবগেনে হাঃ ! নংনা হেক লাকপগা হেক্তা লুতোন্দা লাকপসিবো ।

চাওবী—তাচৌ ! নচানুপীসে মী হাৎতৌরিনে ।

মুখ— করিনো চেনথরবনে হাঃ ।

চাওবী—চেনদে, চেনদে, চেনদৌরমলে ।

মুখ— নবদা !

চাওবী—হোই ! হোই !!

মুখ— মাডুনডুম ফদৌবোই থল্লমইয়ে ইবুংমু ।

চাওবী—মুৎচবা হায়দুনিদনা অদু ওইরগা । [ শাওনা ]

মুখ— করম্না ।

চাওবী—মীনী শেন্দি শংবাই অমা লৌশিল্লগা করম্না লেপ্পা তৌরনি—
শিংবা ওমগদ্রা ? মীদি কেশ তৌরকনি ।

মুখ— হোয়, হোয় চুমই অদু কমদোরবা ?

চাওবী—নহান অদু সিনেমা য়েংবা পুরে। য়াম্না নিংথিনা লে। নোংমা নির্নি অদু, মী অদুর্নদি হরাও হরাও, তরাম তরাম, অদুগা মানা পিশুম হেক শুগ্গোক্লকুদুনা। লম্বী অদুদা মী অদুমা হাৎলিবা অদুসু তোকলো, নোংম অমুক চৎমিন্নে. ঐনদি নব হায়বা লমজা অদুবু খরা কাওনব হায়দুনা মাগী অনংবা ময়ুম অদু তাকউরে। অফব শাদুন, অদুগা মাদি ঐখোয় ময়ামনা কুম্মৈ য়েংলিরু ইরেন মপাল থোকখিদুনা নবগী মনাক্তা চৎননাবেনে, ঐন থিরকপদা নবখোইদগী নবনা থিল্লকইনে, লম্বাদা উপরে প্রমোদখোই উনরম্লবদবু শিনরোইদ্রসে।

মুখ— হাই মাদি করম্না চৎলিবা!

চাওবী—হেরা সিনেমান হায়বাসনদি মৈ মুৎপা অমম্বদা য়েংবা কুম্মৈশিনা ঐভোন্দা হায়রমলে লোন্ন. "হনে এ মপাল থোক্কে" ঐসু মাগী ভাবতি খংদবানিনা "হোয়" "হায়" হায়দুনা অদুম লৈহোই মাদি নবখোইদা চৎলবোরে নবখোইগী ময়ুমগদি নকনরেদো, চেক্কী থোং লাল্লগদি রাহেংবম লৈকাই মচিন অদুদা হেক মক লৈবানিনা ঐখোয়না সিনেমান য়েংলিবনা থ্বাইরমবন্দানিনা ঐনা লাকমনদ্রে থিরুবদা লম্বাদা থেংনদুনা ইরেন পুশিননকলে মুমিৎ অদুমদি খংনদে হায়রববু নোংঙাল্লগা হেকমক খংনরক্লে ঐসু মীনম্বা তারে, মচামুপীসু য়াম্না চালাক ওইবী তারে।

মুখ— আয় প্রমোদখোইস্নু খংলবরা ?

চাওবী—হোয়নে কদাইদা তারিবনো. তাচৌ অমা।

মুখ—অদুনদি করমনো ?

চাওবী—অদুনা তাচৌগী লুহোংবকা চৎনদ্রে, নুমিৎ ভাইরম্নুসি নোংমা চেলহনগ্রগেনে।

মুখ— অদুদা অতো ইচানি হায়দুনস্নু অহুমভা ভাইজরেদো, করম্না কন্যাদান অমত্তং পিতৃলোক য়ংদুনা কৎতনদি।

চাওবী -কন্যাদান ভাইরিভেদা নবদ চেনখ্রবান ফনিদনা।

মুখ— হো অদুস্নু কমদৌনি মরাই কন অস্নুম থোকউ ভমখিদ্রনা উপায় লৈবা পোৎলা ?

চাওবী—মাদু ফবা পোৎ নত্তে, রা খাম্ন চাওনা থেংকদোবা পোৎনি, ঐ চৎলগে, থাদোকপ যাপোৎ নত্তে নচানুপীদো, হৌজিক কাদবা য়াবা নত্তে, অদুনা তাচৌ, ঐ চৎলেকো, অদুম থোকহনখ্রগে ?

মুখ— ভাইখোনে, ফিংভেদা নখোঙসে।

চাওবী—ফিংবা নত্তে, মুৎকনিনে তচৌ, নীগী শেল লুপা লিশিং অমা লৌরুরিবদুবু কদাগদগী শিংগদগে লৌরবরা ?

মুখ—হোয়নে! চুমইনে অদুস্নু খংদ্রেদা।

চাওবী—হুম! ঐ চৎলে থেংখিনি !

[ থোকখি ]

"লাইট"

---

## ২শুবা অঙ্ক

### ৫শুবা উৎপা

### "প্রমোদকী কা"

[ প্রমোদ, মধু অনি চা থক্তুনা ৰারী তৌরমই ]

প্রমোদ—অদুদি মসি মী থাজিন্দুনা লোইথোকহল্লসিরদো।

মধু—তপথখোনে মী অমা হেক লোহথোকপা হায়বসি ফনা লুবনিনে।

প্রমোদ—অদু নক্রগা নোংমা জিপ থোদুনা চৎলগা তাননদুনা তকশিনগেনা বেশন তানবা।

মধু— ইহে খজিক্তুংদি হনথোনে মরূপ, মী অমা বেশন তাহল্লুরবদি ঐখোইদি করি ওইবা হোনৈ।

প্রমোদ—চাকলকপা হায়নিমা প্রোক প্রোক! চাকলকলেকো সত্য !!

মধু—হস্পৌ কস্পৌ হে লাইনিংথৌ, নুপী অমা থিবা হায়বা অসে লৈবাক অমা শেমবগা মান্নে হায়দুনা ইপানা ইপুনা প্রমাণ তৌরিবদুনি। মপানা খরা চপ, ঐখোইনা খরা চপ, মনেনা খরা চপ, মপুক ওলহনলগা লোইরেদনা।

প্রমোদ—নংনা মাবুত্তা হায় ঐনা হায়রিদি নংগী নম হান্নবা ভূত অদুবুনিনে।

মধু—নবগী করি দোষনো ? মাদি কায়খিদ্রেনা, নোংমজবু মানা মোংলবরা ? ঐখোই ওইরবদি শিরগা শি হায়দুনা লাইবক

য়েংভোইরদো সুপীনা খরা য়াবনা হায়রবা। কমদৌনি বন্ধু, মচা ফৎতবা চাওবা ভাইবা, মরা ফৎতবা শিবা ভাইবা, সুপীনা য়াদবা খরা ইকাই নংবা অসিনিনে।

প্রমোদ—য়াদ্রবদি লৌররোইদো।

মধু—ভাব তাখবিয়ু ভমলোইদা।

প্রমোদ—চাকলকপা হায়নিমা।

[ চাওবী চংলকই ]

মধু— মনে ইবেম্মা লেংভকলেদা, ইনে ইবেম্মা সুংশি কোলোয় পাওমেন্নবিয়ু। খোইদারবা য়েংজগে চাকলেদা প্রমোদ মধু অনিসে, হিংগনিবু থাজদ্রেনা উপায় হায়য়ু ইনে চাওবী লৈ।

চাওবী—মাইদা ঐদি ইংবুভো মধু অসিগী মতৌ অসিদি।

প্রমোদ - ভাইখো বন্ধু।

চাওবী—রা করিম্স্থ লৈতে মপা য়াহৌরে হয়েংলা হোরেল্লা সুমিৎ লেপ্পু।

মধু—অদুনদি ভসি অসি নিংথৌকাবনি নিনি পানবা থানিন্না মুন্না নোংলক্তা য়েংলকপগুম মরূপকী শঙ্গাইদা মুখলগী মরুমদগী মণি দেবীনা অনৌবী ওইদুনা মুম্না য়েংথোকলকপা।

প্রমোদ—ফরে।

চাওবী—লোইরে রা [ মধুৎ থেক্তুনা পায়গা ] অদুদি ভসি কুম্মে য়েংবা চৎপা হুল্লকপদা হেক্তা পুশিন্নকসিদা।

মধু— হোয়, মনেবেম্মগা লোইননা কুম্মৈ য়েংবা লেংলসিদনা—।

প্রমোদ—লেংথোক্লসিনে।

[ চাওবী প্রমোদ হৌগৎলে
মধু খরা কোনথৈ ]

চাওবী—ইবুংঙো মধুদি!

প্রমোদ—ভাইগীদি কোন্থহৌবী অসি মঙাইরে।

মধু—হেরা! কোন্থহৌদ্রবস্থ কদৌরে মুতিগী কোন্থহৌরগা ঙসিদি কোন্থদ্রবদি হায়রক্কনি হায়দুনা তৌবনি।

[ প্রমোদ + চাওবী চান্নবা থোকখি ]

মধু—[ কিরু কিরু য়েংদুনা ] ঐস্থ য়ুম শেম্মুরিবা অসিদি লানদ্রেদনা চন্দ্রা!

চন্দ্রা—[ মচেং ওইনা থোক্লক্তুনা ] শোইররোইসে!

[ মধু হন্না হন্না য়েংদুনা থোকখি ]

মধু— কো কো! বেশ! বেশ।

---

"লাইট"

# ২শুবা অঙ্ক

## ৬শুবা উৎপা

### "লক্ষ্মী"

[ চাওবী, প্রমোদ টোর্চল·ইট কাপ্তুনা কাপ্তুনা চংলকপা ]

প্রমোদ—উদেনে ইনে· ঐনা হায়বদি হোটেল কা অসিদা লৈশিল্লমগদ্রা হায়মি।

চাওবী—চংশিনে হংসি, ইমা ইপেম্মা মীহাৎপী তৌভ্রম্বী কিখ্রেদা হরে কৃষ্ণ! লৌৱাই মুপী খুরুপ থাড়না চেল্লিহাই।

[ পুং, ঈশৈ, তান অহুম পোল্লকই ]

পুং—হা কনানো, কিরিথিরিবনো, এঃ ইবুংঙোহল্লা প্রমোদ নত্তুব্রা?

প্রমোদ—মানি তাভাং।

পুং—করিনো ইবুংঙো! পোৎ মাংখ্রবরা!

প্রমোদ—তাভাং মুপীমচা অমাকা চেনখিবা থেংনবিব্রা?

পুং—থেংনদেনা!

চাওবী—হেঃ শোৱাইদা লৈশিনখি, লৈরম্মনি মচি অমদা!

ঈশৈ—করম্বা মওংনো ইচানা পোকপরা?

চাওবী—নত্তেনে কুম্মে য়েংবা চৎমিন্নরুবনি, ঐ শিরুরনি হেক্তা চেনখিনে।

তান—হায়রিবা রা অসি তান চাদেদা ময়ামগা চৎমিন্নবা নত্ত্রনে।

চাওবী—চৎমিন্নবনিনে।

তান—অদুদি করিগীনো? বা মরম অমা লৈরমখিনিদা!

চাওবী—কান্নদেনে ইবুংঙো সোরাইদা লৈরমখিনিনে থিসিনে নাম্বোকহনখিবা য়াদেনে।

পুং—করিনো ইচেসি ফিংইদা মরোলদদি শেংনা হায়মুদা, মীবু নাপী মরক্তা মাংখিবা য়াবরনে।

চাওবী ইবুংঙোখোইন খংপোৎনত্তেদা—;

ঈশৈ—ইহে অদুদি কদোনদি হংবিরিবনিনা।

তান—চৎসি চৎসি মরোল ঊশেং শেংত্রদুনা হৈনদে থুপচানরদুনা হংনবা হৌনৈ হংঙে শৌ শৌ লাওরদুনা।

চাওবী—করিনো ম্যাইদা করম্বা নিপাশিংনো মথৌদি লৈত্রদুনা ঐঙোন্দদুম খৎনবা হৌবিররিবা অসিবো।

প্রমোদ—ইনে অমুক্তা ঙাইখোবা জ্ঞান তাখিসি।

পুং—চৎসি চৎসি! হিদাক ঙাম্বক অমত্তং ফানখিসি অদুগা হন্নসি, নব অদুদুম পংঙাই হেক ঙাইরম্লগনি, মাবু নেক্তুনা ঙসাই অয়ুক্তগী হোটেল শংহনহৌরিবনি, ফনা ফৈনা ইবুংঙো ঈশৈহনবা! শম্বী মচা অদো সেবা চৎপা ময়ারেনা মসি, মমলসু ঐখোয়না হুনবা অদু থোইনা কামদ্রেনা।

ঈশৈ—কান্নদ্রে, তাঙাং কামদ্রে,

[ ময়াম চংখি+চাওবী প্রমোদ লৈছোই ]

চাওবী—ইবুংঙোহল। হৌজিক হায়বা অদুবু নব হায়বা নত্তবা?

প্রমোদ—মানি।

চাওবী—অদুদি শোইদ্রে নিপাশিং অসিগী মতুংইনসি শোইদনা লৈরম্লগনি।

প্রমোদ—হেন্না নব অমা ওইরম্বস্থ য়াইদা লম্বী মপাল হোটেল অসিদবু লোৎলম্বা হৌনদেদা অদুক কোম্না—।

চাওবী - হুম! ঐগী পুকনিংনা য়াদ্রিদা — অশেংবা অমত্তা খংদোক-খিসিদা — লৈরমনিকো ইথা থাজদনা — নব হায়বদো — বা ভাংদবা মী হাবা য়াবা নত্তে!

প্রমোদ—অদুদা মুমিদাংদা মীগী ইমুংদ চংগদবসি কয়াদি লুখ্রবগেদো—

চাওবী মুমিদাং ওইদুনা কদৌনি হায়বগে! ঐদি নবখোই মাখোই পাও ফাওনবরা হায়বসিদা কন্না মরৈয়ে হোটেলসিদা ভাইন-সিকা হায়দুনা—।

চাওবী—হোইনে ইবুংভোহল নববু লৈরম্লবদি শোইদ্রে।

প্রমোদ—মধু হায়বসি ওন্থোকপনিদা তানজা অসিদা ভসি মহাক কুম্মে য়েংবা চৎসি থক্তা য়াদ্রবনিনেসে, মহাক য়াওরবদি কুম্মে মুংভাইরেইদ্রসে খৎপু খৎনরবস্থ অমবু থোক্লবস্থ! [ কমদৌসবা ].

[ মধু চন্দ্রা থোকলকই চন্দ্রা পোৎ ময়োম অমা পাইরকই ]

মধু—কনা কনানো? [ প্রমোদ উবদা ফিংনা ]

ইঃ কমদৌরবনো?

[ চন্দ্রাদস্থ খুরুম্মু হায়না ইঙ্গিত তৌবা, চন্দ্রাস্থ খুরুম্বা ]

প্রমোদ— [ ভক্তা ] করি হায়রি জাৎনো সিনা!

মধু—ভসিমথে অরেপ্পা অমা খংজরগে হায়দুনা!

প্রমোদ—হায়দি !

মধু—নচল ইবেম্মগা ঐগাগী —।

প্রমোদ—ইশ ! তানজা অসিদা ভসাই মথৈ লোৎল্লরগা।

চাওবী—হৈমা ভকচরেদাকো ঝা অসিবো থৌনাখিৎ কমনথরে ইবুংঙো মধু নংস্থ।

মধু—ইনেনা মশানা ইয়া য়াদবা মীদস্থ শেম্বনি, লাকনবিরিদবু মশানা ইয়া য়াবা মীবু !

প্রমোদ—অচুম্ববয়া হায়রিবসে নুপীমচা !

চন্দ্রা—হোয় য়ুমদগী থোকলকলেদনা !

মধু—অদু ঙমদোরবনো বন্ধু আঃ ইনাই ইবুংঙোগী।

চাওবী—চেনখিদুনা থিরা খংনদ্রিয়ে শা অদো !

মধু—ইঃ করম্না ! অদুদি চন্দ্রা ঐখোই অমুক হনজিন্দুনা লৈত্রবদি তান অমবু চারোইদোরিনা।

প্রমোদ—ঐনা য়ারে নখোয় নশা নশাস্থ য়ারে, কদৌনা অমুক চৎত্রবস্থ এগা অদুম লৈস্থ ঙাইদনা —

মধু—য়ানি অদুদি কমদোন ফগদসিগে !

চাওবী—ঐনা হায়বনা হোটেল অসিদা অমুক্তা চংদুনা য়েংখিসি "নব" হায়বা অমা পনখি। গঞ্জা কাংবু অসিনা করিগুম্বা মখোই মাম্নদুনা।

মধু—চুম্মে চুম্মে ! অসিদগী হোটেল অসি নৎত্ররদো, অসিদনিনে ঐনা নহাল নববু উরমই, গঞ্জা থকহোই হায়বদো মনেগী ঝা অসি চুম্বা য়াই।

প্রমোদ—অদুদা মুমিদাং ওইবা অসিনা হায়ম্রি।

মধু—মুমিদাং কদৌদগে। থানা ভাক্তুনা হৌজিক নমদুনা ভদস্ত চংহৌত্রবদি থিল্লবদি মাখোইনা অমুক মথাং থৈত্রবদি বা মুংভাইররোই। .

প্রমোদ—খুজিল অমা শিল্লুনে।

মধু—অদুদি ভমনবা হায়দুনা থানা পুরকপা হায়বদুনি শেল-থুম চংবমথৈ চংজরবস্তু।

চন্দ্র—ইমাইপেম্মা শেল চংবা অমুক কিরুরিবা অসিবু কম্নিনো—ইবুংবু অসিয়োনা উৎশি-ত্রববু চংজসমুদনা লিশিংলা লাখ্লা?

প্রমোদ—সে অসিনা থোকপা শিল্লকখোকো! হাপ্লিসি হায়বমথৈ হাপসি। [নোট মপুল পি]

মধু—অদুদি ময়াম লেংশিন্দুনা অফা শাদুনা অদুম বাম্বি ওই করিওই পুংথাই অমতংদাদি লৈ বরমউনে—ঐ চৎলে—খৎনবি-রুমুকো! [চৎনখিবা]

"লাইট"

---

# ২শুবা অঙ্ক

## ৭শুবা উৎপা

## "হোটেল"

[ ফিংনা মণি চেনশিল্লকই। শবস্থ হুয়ানবা ওইরবোঈ নিংহুনা ]

নব— মণি। করিনো?

মণি— মানি। তুমিন লৈয় তামো। ঐবু ইনেগা, প্রমোদকনা নমহুনা ফাহুনা পুরকহর্বান প্রমোদকী মযুমদা, কুম্মে য়ে বা চৎপান হায়হুনা পুবিরগা।

নব— অহুদি [ হমুংদা লোৎলু হাযনা ইঙ্গিত পিবা মণি চংখি নবনা থোং লোল্লি অহুগা থোং ময়াদ ফমহুনা লৈ, পুং, হশৈ, তান চংলকই ]

পুং— নব! নংদ পংভাই ভাইরয়িরনি।

নব— [ পুংদা ] তাভাং!

[ মমিৎ মনা ইথক থকই ]

পুং— করিনো অতো নমিৎ ননামক ইথক থকনা!

নব— সিদা মী অমা চেল্লকলে!

পুং— কনাবো?

নব— এঃ খরা তপ্পা!

পুং করিগীনো?

নব— ঐখোইগী ইচনশিং অমা চেল্লক্কুনা লৈয়ে।

পুং— অঙৈবরনে হা! অদুদি লম্বীদা প্রমোদখোইনা থিনহৌরিবসি ওইবা তারে।

নব— মানি! তাকপিরম্মুসি!

পুং— অদুদা! [ ফিংনা চাওবী, প্রমোদ চংলকই ]

প্রমোদ তাঙাং! লাকতা লাকতরনে মুপীমচা অদুবো? [ নব উবদা ] ওঃ খংলে! খংলে।

চাওবী-- [ নব উবদা প্রমোদতা ] ঐনা হায়বা শোইবরা?

পুং— লাকপা উদেনা ইবুংঙোহল!

প্রমোদ - শাওনা খংলে তাঙাং ঐগী ইতিক খংঙোইদ্রদো মৈতৈ মচাশিংসে!

পুং— করিনো ইবুংঙোহল যাম্না শাওবোইনা!

প্রমোদ— শাওজদে তাঙাং করিগী ঝুঠ অমুক তৌবিরি।

চাওবী— ইমুংদা হেক্তা চংবিয়ুনে ইবুংঙো শোইদনা লৈরমনিনে।। ঐখোইনা হায়বা শোয়বা হোনদে [ নবদা ] তৌবা ঙস্মিদা ইবুংঙো না ঙাংদবা শোন্না শেনগাও লাকইদা কিজেদা—তম!

তান— ইচেসি মতা অমা ওইরে তানসি হায়বা অমত্তা হেক য়াওদেদকো!

চাওবী— করিগী য়াকনি নখোই মথে মান্নরিবা নক্লাদো ইবুংঙো ইমুং চংঙু হায়মি।

পুং— এঃ না য়াম্না কায়বা তারে করিগীনো ঐগী ইমুংদা চংগদৌরিবা অসিবো থানারা চৈরাপ কুচুরা?

ইশৈ- অ৺ইবনি! মুমিদাংদা মীগী ইমুংদা চংগনি হায়বসিবু।

ভান— বা মথা ভাকম থোক্তে! চং বাদ খংগুইত্ৰদে।। তাঙাং লুপা সনা কোকথোং অমা মাংখ্রে হেক হায়জিল্লু!

চাওবী— হিস, হয়ে-; হোটেল শেগাইবা অসিদবু গঞ্জা মভাইদনা লৈরম্মে হায়বদা।

পুং— মুপীসি পীদা অমা ও রে।

চাওবী— ইবুংভোহল চংঙুনে।

পুংয়েবা— চংঙু চংঙু নত্তিক লৈরবদি চংঙোমে হেন্না শেল খরা লৈবা মচানি হায়দুনা পংকী কিদৌবোই খলত্রা, কেশ তৌদুনা শেগায়গেনে!

প্রমোদ— তাঙাং! কেশ য়াম্না পাম্বরনে কৈ অদুদি, কুইরোই, খংনিদা হেকতা!

[ চাওবী প্রমোদ চৎখি ]

ইশৈ— হেন্না করি হেল্লি হায়দুনা।

নব— হুম কমদৌনি অসিদে।

পুং— তপথোনে! কৌথোকউনে নচল হায়বদো বা খমহৌদবা য়ারিবরনে খৎনবা তারিবনিনা মীনা লাকচহনবদি য়ারিবরনে চংউ হায়মি!

[ নব তপ্পা চংদুনা থোং হাংলগা ]

নব— অমুক্তা থোকলকখোনে নংবু।

পুং— নং হেক চংদুনা লৌথোকপিরুবা।

[ নব চংদুনা মণি পুথোকই। মণি য়াম্না ইকাইনা থোংজিন ময়াদা লেপই ]

ইশৈ— করি মওংনোসে অসিবো নব !

নব— পাজী মুখনা পোকপনি সুপীমচা অসে—আঃ খোংজোমদা লৈবা ঐনা মতম খরা শৈজরুবদো।

তান— অদুনা সিদা করম্না লাকইবা ! ব্রারী অদু লিয়ুনে !

নব— প্রমোদ হায়বা অসিদা ইনে চাওনী হৌজিকী সুপী অদুনা পিনবা হোৎনৈ ! মানদি য়াজদে অদুদা চেল্লকইমাল্লে।

পুং— পাজী মুখ হায়বদি।

নব— ঐখোই পাজীগা য়াম্না লুনা তিন্নবা মরূপনিমা।

ইশৈ— ইবেম্মা ! নংদি কমদোই হায়রিবা অসি চুম্বরা ? হৌজিকপু নং খোংজোম য়োনা চেলবসু ভমলোই কনাদনো নংনা লৈগদবা—!

হয়েং নোং ভানবা নংভোই থানা পাইথরক্লনি মরল লৈবা নিপানিনা প্রমোদ খোইনদি !

মণি— ঐ ইশানা য়াদনা প্রমোদতা লৈগদোবা শরুক্তি থৌরি য়ান্দুনা শিরগা শিজনি।

তান— মাংলে মাংলে।

নব— করিগী শিরুদগেনে।

পুং— অদু ওইরগা নখোইদা থগীরোদনা ভসি অহিং অসি অদুগা হয়েং নোং ভাল্লগা মপাগী মনাক্তা থিনবিনবা।

নব— অদুদা।

মণি— তামোনা য়াম্না চিংনরগা ফরে ঐ হেকতা চৎচখ্রগে।

[ চৎকে তৌই, কপকদোরে, ময়াম্না খামই, লেপল্লে ]

নব— অসিনিমা তাঙাংখোইনদি ভাব অমা তাবিদ্রিবা ঐনা মতুম খরা লৌবাইদা লৈজরুবা অদু নুপী মচা অসিগী মমুমদাব। ঐগা মাগা ভাব অমত্তং লৈনৈ হায়দুনা ঐবু চিংনদুনা পাজী মুখনা ঐবু তাম্বোক্লককই। তৌবা কাইদাদি প্রমোদ বাবু অসিদা থাজগে হায়না ইনে অসিগী খুজিন্না নুপীমচা অসিবু ইস্ফালদা পুরকপনি। মওং অসিদা ঐনা অমুক থল্লবদি।

ইশৈ— অদুক লাইবা অদুবো, নখোই অনিবু নিংনজবরনে হা ইবেম্মা নংবো ! [ মণি খুমদে ইকাইনা লুকথৈ ] নব নংদি ! [ নব ইকাইনা নোকই খুমদে ] ইরুজনিংবদা থোং তেকলে, লোইরভ্রদো চৎসি পুরো কেশ তৌজরুসনু কদোনি। অসি লৈরবদবু হা তাঙাং নুপী মশানা য়াদবা চিংঙি হায়দুনা মাদুম মমা উজগনি।

নব— ঐগী অবস্থা অসিদা।

পুং— করি অবস্থা ! লাইরৈ হায়দুনা মরিংনা শাবা শংবাইবু নামা হাংবা য়াব্রা ? হা: ইবুংঙো ইশৈ হনগা — নখোইদা থম্বিয়ুনে নোংমা নিনি।

ইশৈ— থমদবদে ! ইনাও নব্রা ? লাও চৎসি থেংখিনবনি মতুংগী থোকল থোকলবা

পুং— ইঃ অমুক হল্লকলেনে হাই। ইঃ থানা য়াওরেনা। ইশৈ হনবা। করমনো ?

ইশৈ নুপীমচা ইবেম্মা নংদা ইমুংদা অদুক লৈয়

[ চংখি ]

[ S I. কোং অনি, মধু, প্রমোদ, চাওবী, চন্দ্রা চংলকই ]

S. I.— মী অমত্তা চৎপা য়ারোই।

তাম আঃ মী মরল লৈবা! মী মরল লৈবা নুংঙাইদা।

S. I.— তুমিন লৈয়ু ওঝা! প্রমোদ বাবু কদায়দনো? মফম অসি চুমলেদনা।

প্রমোদ চুমলে বাবু।

S. I.— হোটেল অসিগী মপু কনানো?

পুং-- ঐনি ইবুংঙো বাবু।

S. I.— অদুদি নহাকনা পুথোরক্কে হাযব্রা নুপী মচা অমা নথোইনা মুন্দুনা লোৎখ্রে হাযবসে অদুগা ঐথোয়বু চংদুনা থিয়ু হ যব্রা?

ইশৈ সিবি ইবুংঙো বাবু।

S. I. - তুমিন লৈয়ু মী ঃমত্তা ব্রা ঙাংবা য়ারোই, অহং অহংবত্তা খুম্মু!

ইশৈ আঃ মীওইবা হাযবসে ওম্থোকপনিদা।

পুং— আঃ ইবুংঙো বাবু! পুথোক্লকে পুথোক্লকে করিদোক্লনি ঐথোয়না হুরানবসু নত্তা মুনবসু নত্তা মশা মশা য়ানজদুনা লাকচববু। নব নচন নুপী ইবেম্মা অদু কৌথোক্লকউ কদৌগবনো অশেং অশেংবা।

তান - মানি ধর্ম্মদা! [ নবনা মণি পুথোক্লকলে ]

S. I.— নুপী মচা অসি হৌজিকমক কনাগীদা লৈ।

চাওবী— ঐগীদা লৈ ইবুংঙো বাবু।

S. I.— করি থোকনৈ নচায়া নগুরা ?

চাওবী – ইবুংগী মচা ইমৌনি, আঃ ইবুংঙো বাবু প্রমোদ অসিদা থাজহুনা লোইরবনি লুহোংগদৌবা দশানা য়াদহুনা লৈরিবনি।

S. I.— মুপীমচা নংনা অসিদা লৈরমইবসি, কনানা কৌই কনানা চিংই কয়ম্না লৈরমইবনো।

মণি— ঐবু কনা অমত্তনা ইনশিনবা চিংবা লৈতে, ঐ ইশান্তনা জীব হিংনবা শং অসিদা চেনজরকপনি।

S. I.— জীব হিংনবা হায়বদি !

মণি - ঐবু ইনেগা পাজিগনা প্রমোদ হায়রিবা নিপা অসিদা থাজরি, ঐ য়ানিংদে মাঙোন্দা চেন্নবা হায়হুনা ঙসি ঐবু কুম্মে য়েংবা পুবিরগা ইশানা য়াজদনা, ঐবু চেনবিনবা শরৌ অহু ঐ উজরহুনা ইশানা লৈথজহৌরবনি।

S. I.— প্রমোদ বাবু অমদি ননেনা নংবু ফুবা চৈবা ওৎপা নৈবা লৈতে।

মণি— লৈতে।

S. I.— নব হায়বা অসিগা অমদি ওঝাশিং অসিগদি যোগা বোগ তৌহুনা পাও ফাওনবা লৈবরা ?

মণি— লৈতে।

S. I.— অহুদি করিগীনো নংনা মফম অসিদা লোৎলমলিবা অসিদি ?

মণি— নোংঙাল্লগা ইপাগী মনাক্তা চৎচগে অহিং অসিতদি জীব হিংনবা অহুগা ঐগী মুপী ওইবীগী ধর্ম্ম অসিতদি ঙাকচনবা হায়হুনা।

S. I.—অহুদি চাওবী। ইতৈমা, নুপী মচা অসি নংগীদা পুয়ো মন্না মনিল নাইহনগনু, নুপীমচা লাও ননেগা চৎলারাও। প্রমোদ বাবু লেংঙসি মতুংগীনা মতুংগী অহুম হোৎনগনি, হৌজিকমক্তি বাবুগীসু মশানা য়াদবী নুপী ওইবনিনা অহুগা বাবুনা থোইনা মাবু বলাৎকার চিংউব নৎতবনিনা বাবুগী লোয় নৈতে অহুগা ওঝাশিং অসিগীসু করিগুম্বা ওঝাশিং অসিনা মধু বাবুগী বাকৎতা হায়রবা নুপী মচা অসিবু মুনবগী প্রমাণ নুপী মচাসিগী statement অসিনা মাংহনখয়ে। লেংঙসি।

নব বাবু মশানা য়াজদ্রবা নুপীমচা অমবু অমুক্তা হনজিন্দুনা ইনে চাওবীদা থমবীরবদি করিগুম্বা শিবা নাবা থোক্লবদি কনাগী দায় ওইগদগে।

S. I.—ইবুংঙো, নংবু করি থোক্লবগে নুপীমচা অসিগা!

মণি—ইবুংনি।

চাওবী—হয়ে ওইজনিংইদকো মবুং অসে!

S. I.—কয়া নক্লবা মবুংনো?

নর—ইপাগী মরুপ মচানি।

S. I.—Responsibility পুরা য়াবা নত্তেদনা অহুদি নংনা করিসু বা ভাংফম থোক্তেকো, মপা লৈরি মনে লৈরি। লেংঙসিনে, নুপীমচা লাকওনে নৎত্রবদি নহাক আইনগী মতুং ইন্না Police station য়ৌররণি।

নব— ইস্! মী হাৎনবা মকস্মু নত্তেকো, সুমিদাংদবু ইনকুওয়ায়ী থানা তাল্লাস চংবা অসিদি ইনাক খুনবা হায়বসিদি।

S. I.— বা য়াম্না ভাংখ্রেদা - ইবুংঙোসে করি পাম্বগে নত্তে করি পামইবনো নং হেকমক তৌবিয়োদনা বিচারসে করি কান্নদবদা চংলসিনে মস্নাম!

[ S. I. না মধুদা ইঙ্গিত মধুনা চাওবীদা চাওবীন মণি পুথোকপা মধু প্রমোদ S. I. কোং ২ থোকখিবা ]

নব— হিংউদ্রনবু কান্নদেদা মীওইবসে!

ইশৈ—অসি ভাক্তনি মীওইবা হায়বসে ওন্থোকপনিদা!

পুং— চাকখ্রেদা —।

তান - হুম তান অসিদে তান অসিদে —।

"লাইট"

---

## ২শুবা অঙ্ক

### ৯শুবা উৎপা

### "চাওবীগী কা"

[ নানতক তৌবা ফমুং মচা অমা থাই লুখুমদা টেবল অকোইবী মচা অমগা থাই, পাউডরনচিংবা অকে-অমো পোৎ থরা থমজে মোরা অমদা ফমদুনা হিদাকফু ভকশাংবী অমা থক্তুনা চাওবী লৈরমই, টেবল মথক্তা হৈরা থরা থোক্তুনা থমই মনাক্তা অচৌবা ছুরি অমস্মু লৈ ]

চাওবী—এঃ লেংঙকলেদনা। [ প্রমোদ চংলকই ]

প্রমোদ—করম করম তৌরে!

চাওবী—মহাক তুমই।

প্রমোদ—করিগীনো হৌজিকপু মুমিৎ তারমদাইদা।

চাওবী—ইঃ অহিং নোংশোইবা ওয়াং তুমদে ঐনা মরিল অসি তক্লুনা নৈবনি —।

প্রমোদ—করি হায়রি।

চাওবী—খুমদে তুমিন লৈ অমদি লৈরেদা মহাক মহৌশাগীদু নৎত্রে!

প্রমোদ—অহলনদি করি হায়রি।

চাওবী—ঐদি কদাইদগী থাদোক্লুনা চৎপা য়ারগদগে পাও হায়খি। তাচৌসু কারক্কে অদুগা পাওসু অমত্তা ফংদে।

প্রমোদ ফরে করম হায়না শিনসিগে। ঐদি ইকাই খুংশি য়াময়কলেদো অদুগা শেলসু তিংবা হৌনবা মথৈ তিংলেদো!

চাওবী—ফরে খরা থেংঙকলে নচিন নৌপুবা বারী খরা শাও হায়মি ওসিসে ঐবু কৈথেল ওহাক্তুং য়ৌরুগে শিদোরে হায়মি চাদবনা ওসি মঙা-তরুকনি অসি।

প্রমোদ—ফরে খরা হৌদোকপীরমউ, ইস! বাখ্রেদা হকচাংসি ইতেক হেক তেকই –।

চাওবী—চাইখো ইনে ফম থাগে!

[ কক ফিদা থাদুনা ফম মচা অমা নাত্তকনা থারে প্রমোদ হিপকুম ওাবগুম লৈহৌরে, চাওবী চৎখি, ইমুংদা—

মণিনা তপ্পা থোকচরকই—প্রমোদ উবদা ভকপা অমনুং মুংঙাইতবা উংলি ]

ইবুংঙো ! ঐ চৎলে। [ চৎখিবা ]

প্রমোদ—লাওনে ইকেম্মা ! কম্নিগীনো নহাক্না অদুক য়াম্না লাক্লক-নরুম্নিবা অসিবো ? মুংশিবা হায়বা অসি অঙকপা ইথয়নী খুজিম্নি। নহাক্না ফনা শাওদুনমু, ঐদি শাওবা ঙমদে ! অহিং মুংথিল অনিমক্তা নংগী য়াখল খনবতনা ঐগী পোৎথাবা ওইরি।

মণি—তামো ! ঐ খুরুমজগে য়াখল অসিতদি থাদোকপীয়ু ঐবু নচলগী পান্দমগুম খনবীদুনা মুংশিবিয়ু মতিক চায়োইনা ঐনা তামোগী সেবা তৌজবা ।

প্রমোদ—হায়গনু মণি ! য়েংউ মরুপ মপাং শাগৈ নাত্তে করাদা ঐনা ইকাইবা নংবা, লুপানা থোং শাখয়ে অদুমু তিংজনু নংগীদমক্তনি ঐ থোইনা খল্লুদে।

মণি—তামো ঐগী পুকনিংনা থাঙ্গৈশেংবা য়াজনিংদে মাদু তাকপীগনু মসিমক্তদা য়াবিদ্রবদি ঐগীমু তামোগীমু ফংলোই।

প্রমোদ-- অকিবা পোকহন্দুনা ঐনা থাগনি হায়বদি খল্লুমু মণি লাও ফম্মো লাওনে ঐগী নাক্তা, কম্নিগীনো অদুক কোইখিবা অদুবো।

[ মণিবু চিংশিল্লি মণি টেবল মনাক্তা চংডুনা লেপই ]

মোংশাগী খয়াত্তগী শক্তি মচানা লানথোকখিবা হায়বদু য়ারিনি নংনা ফনা লাকম্দুনমু ভনিবু ঐগী খুত্তগী নং

লিংকনি থল্লুনু। ননে চাওবী চংখয়ে কৈথেন্দা মাইকৈ অপুম্বা ঐগী মীনা কোইখয়ে অতুগী শরুক হয়াও হয়াওনা মুংশি থুদোল পিয়ু।

[ ফিভম তাওনা থয়া নকনা চংশিল্লি, মণিনা টেবল মরক্তগী চুরী অদু লৌদুনা প্রমোদতা থিয়ে অফিং অকাই ওইনা মণিনা ]

মণি—হো মী হাৎলে ঐনা হাৎলে, মী অমা ঐনা হাৎলে!

প্রমোদ—উঃ ওঃ কনা কনা লৈবগে!

[ ঈনা লৌথোং ওইনা চেল্লে, প্রমোদ অজ্ঞান ওয়াওনা তুথখয়ে মণি প্রমোদকী মতৌ অদু ওহাক য়েংলমলগা ফিংনা থোংলোমদা চেনথোকলকই চাওবী লাকই ]

চাওবী—করিনো কদাইদনো?

মণি—প্রমোদ শিয়ে ঐনা হাৎপনি। [ চেনখি ]

চাওবী—[ফিংনা প্রমোদপু য়ংলগা ] হোঃ লৈকাই লৈকাইশা; মী হাৎনয়ে, মী হাৎনয়ে।

"ড্রোপ"

---

# ৩শুবা অঙ্ক

## ১বা উৎপা

### "জেল-মনুং"

[ সোলিটরী কোল মনুংদা মণি লৈরমই মফি মরোল য়াম্না মোৎখরে, ময়াং কংখরে মমিৎ লাওখরে মশম ফাখরে। চাপ্রাসী অমনা কোল (০৷৷) গী থোং মনাক্তা লেপলমই নব মমিৎতা মপি তাদুনা cell অদুগী বাংমদা লৈরমই, মণি হিক হিক লাওনা কপ্লুনা লৈরমই ]

নব—মণি নং কপ্লনু নশা অদু যাম্না চোকথরগনি [ কপই ] হুম ঐ লৈরগা নং কপ্পা হেনবা তারমাল্লে ঐ চৎলগে অদুবু ঐগী হায়বা ইন্দ্রবা পুকনিং অমস্তুং খোং অনি অসিনা ঐবু পুথোকপা ঙমদ্রে।

মণি—তামো ঐবুদি কপলোইদা নংদুম কপকনু করি কাম্নগনি, ঐনা কপ্লুদুনা কপ্পবগী মতম হৌখরে। নুপী মচা নক্রগা ঐবু অদুবু তামো মিৎতগী পী অসি খামকা য়াদে। থম্মোই অসি নিকনু হায়বা য়াদে।

নব—মণি, নং য়াম্না হেনজিন্না থম্মোই শোকপা খোন্থাং অমা থোকলকলে ঐ থবাই অসি পুবা ঙমলকত্রে। ঐ চংলগে মাদুনা ফবগদ্রা ?

মণি—তামো শাংলবা মতমগী মনুংদা ঙসিদা মীকুপ অমত্তং উনবদা য়োনা নংনা চৎলগে চৎলগে হায়রিবসিবু ঐবু উননিংত্রবরা,

কৈদা ঐদি লাইবক থিরবী অম্বনি শিবা চংবা নোংজম লাইব্রেরী অম্বনি। ঐবুদি নংনা করি উনিংগবনো!

নব—নত্তেনে ভাব লায়খ্রেদা —

মণি—নংনা ঐবু কাওবা ভমদ্রবস্থ তামো ঐদি নংবু কাওদে মীকুপ পুংজা নাইদনা নংবুত্তা খল্লি। নংগীদমক্তা ঐনা মফমসিদা লৈজবা চম্মিরসিনা ঐগী মুংঙাইজবনি, কপকনি কপ্পতদা থবাই অসি শিজন্নবস্থ ঐগী মুংঙাইবনি, তামো খল্লুমুদা মীওইবা হায়বসে উয়ান চাকতিন্নবনি হায়বদাইনে ঐনা তামোগী মাখলদা!

[ উঃ উঃ কপ্পা কপ্পা ]

নব—মুংঙাইরে, মুংঙাইরে মীওইনা পোকপা মুংঙাই। হাঃ হাঃ।

[ ফিংনা হোৗগৎতুনা cell গী বার পাইদুনা মণিদা মুন্না যেংই পি তরং তরং শিন্থরি ]

মণি! মণি। [ বার পাইরম্বা খুৎ অদু অস্থম শিংথরকই Heart weak ওইদুনা জ্ঞান য়াওদনা ফমথরকই ]

মণি—তামো। তামো। হাঃ হাঃ হাঃ [ কপ্তুনা লৈমাইদা ভুই ]

চাপ্রাসী—[ কপ্তুনা ] আঃ যেংহৈথিদ্রেদা হাঃ ভগবান। অসিগুম্বা অসিতা উদুনা কয়া কুইনা হিংখিগবা তোনখ্রেদা হে মীওইবা!

[ নব জ্ঞান তারকলে মণিদি জ্ঞান মাংদে ]

নব—মুপীমচা মণি। ঐ চৎলগে মফমসিদা ঐ লৈরবদি।

চাপ্রাসী – হোইনে ইবুংঙো অরাবনিদা চৎলো চৎলো নং চৎলো নখোই অনিগী মত্তৌ অসি ঐখোইনা খোইনা য়েংবা ভমদ্রেনে নচল অসি মাম্মা মাবা তারেদা হা কৃষ্ণ কমদোৗসিবা ইবুংঙো!

মণি—তাসো চথলো অতুগা নং গঙ্গা থরুম্মুকো তামো লৈত্রবস্থ ঐনা হায়বতুদদি ইনবিষ্বকো অদুগা বাজী বাজী মুংশিদকো ইপা ইবুংঙো। নহাকপু কনাগা লৈরিগদগে, কনানা নংগী সেক্ষ ত্তৌরিরি কনাদ্না নংগী পাওখোল ময়াম অদু শিন্দি ঐ লৈত্রবদি কনানা নংগী মা অদু তাবিনি, ইম্মা অপোকপী ইমা চে'লৌ নশকতু থংহৌত্রেনে নচাদি, ইমা! বাজীনা ঐনী ইমাস্থ ইপাস্থ শক্তুনা য়োকপীরক্লগা ইপা ইবুংঙো নংগী মেবা মতোম লোমললমত্রেকো নচানা — বাজী! বাজী!

[ থরা জাম্নদগী মুখ কপ্নুনা ]

মুখ—ইপা লাকলে মুপীমচা! ইপা লাকলে।

নব—বাজী! আঃ [ Cell Bar দা থেংজিন্দুনা মকোক কাইরে ঈনা য়াম্না শিম্বরে ]

চাপ্রাসী—হরে কৃষ্ণ য়েংহেত্রেকো ইবুংঙো।

[ নববু কোনথৎপি ]

মুখ—[Cell ময়াদা চংদুনা য়াম্না কপ্না কপ্না ] ইপাসী ইরেম্মা মণি কদাই ইচাদি লোইরেদনা, ইপানা কৌবদা ইচানা লোমললম ত্তৌবদো ইপানা কাওবা, কদাই ইচাদি শরুমদা লৈতেজলেদনা নোংমত্তং উদবদা ইপা লৈকম লৈতদুনা লম্বীতস্থ ইংথোলতস্থ লৌবুক্তস্থ ইপানা মণি মণি তা হায়দুনা লৈজবা ইপাসী চলৈরুল লাংলেন নত্রা, ইচাবু ইপানা বুদ্ধি লৈতদুনা আঃ চাকচেনা চাক্রে চাক্রে, ইপা মী ওইরুদুনা কায়দে; লৈকাই কৌক্ক লংবদা ইচাসী খুমাক অনি হৈখিবা — ইপাগী নমদা চুমদা হৌজিক

ফাওবা ইপাগী নমসি তংইদো ; নোক্লা নোক্লা ইপাগী ফোরোইতা ইনজবা ইচাদো, ওসিদি অঙাওবীগী শকতমগুম মীংলুদা পীগী ইন্নাহৌ ইপা য়েংবা ঙম্মরোই। হৈরাং পাম্বী ইচানি, লৈরাং পাম্বী ইচানি ঙনা অমা ফংই চিনজেদো — ইচানা নোকফেং তৌবদো গোবিন্দ ইবুংঙো। ঐবু হান্না লৌশিনবিরোনে ইবুংঙো। শেংলি নিংবা থুংখিদে, চাই মবুক থনখিদে – ইপানা ল্যাইরবনা ইপানদি কেনা থগজবা ইচাবু ঙসি য়োংকী শারং মন্নুংদা মীহাংশংগী কাচিন্দা, মণি মং মং ইপাগী ইবেম্মা ইপা চরৈ নাহোং পুরকই, ইপা পোরগে লাও, ইপাগী নমদা কোল্লরো নহুৎ শিন্দুনা ইপা শিহোগে— ইশ! য়েংগে লাকপনি ইচা উদ্রে ইপাগী মিৎ অনি উদ্রে, ঐ হল্লগে, ঐ হল্লগে মণি! ইপাগী মণি! করি তৌরুনি ঐনা হৌজিক নিংলুহুনা, হে জেল লাইরেম্বী ইমা ইবেম্মা নংনা মমা শক্তুনা ইচাবু কোনবীয়ুকো ইচাদি মমানা ঈ মভুমদগী হুন্দোকলমলিবীনি, লৈকাইগী খোমলাংতনা চাওজরবপীনে হরে কৃষ্ণ! হরে কৃষ্ণ!

চপ্রাসী—ওকলে ওকলে তাদহল নচা পীশকনি য়াম্না বারনি কনানা খংগনি অসুম তৌবসে হয়েং বিচারদা কোক থাদোকপসু খংদে ইঃ বাবু লাকইনা!

[ S. I. চংলকই, চপ্রাসীনা সলাম তৌই ]

মুখ—ইবুংঙো বাবু! ননাই ঐগী ইচানুপী অসিবু শিবদা মতারবরনে।
[ খুরুম্বা ]

S. I.—কনালো নপাম্বা, এ, এ, খুড়া খুড়া

[ মথুনা লৈনা য়েংলকপদা নব উরে ]

মুখ—নব ! নংস্থু লাকই নচনবু য়েংবা লাকউ।

S. I.—সে ঙাইখোসে অহল—সে নুপীমচা ইবেম্মা ঙসি নংবু বিচারগীদমক পুথোকদবনি অদুবু প্রমোদ বাবু অদু ফনাদি করম্মে অদুবু ঙসি অমুক য়াম্না কম্না ব্লিডিং তৌদুনা কোর্ট থোকপা ঙম্মোইদোয়ে হায়না C. S. না রিপোর্ট পিরক্তুনা ঙসিদি বিচার য়ৈথোকলেকো ঙসিদগী নুমিৎ ১৫ লৈরগা বিচার তৌগনি। (চপ্রাসী) করিগীনো অমুক য়াম্না কপ্না লাওনহল্লিবা ওকলে থোকহনখরো মপাখোই অসি থোকলো খুড়া খুড়া।

"লাইট"

---

# ৩শুবা অঙ্ক

## ১শুবা উৎপা

## "জজ কোর্ট"

জজ—I swear by the name of Almighty God that I will duly administer justice according to the I. P. C without partiality favour or effection and if any don't shall arise then according to my concience and to the best of my understandings that I will not divulge the sentence of this court until it shall

be published by authority and any appealate Court in due course of Law. So help me God.

পেস্কার, Open the case !

পেস্কার—প্রমোদ বাবুগী সাক্ষী সাবোদ মী পুন্নমক শুরেদনা।

প্রমোদ—শুরে বাবু।

পেস্কার—কনা কনা সাক্ষীনো।

প্রমোদ—হুইদ্রোম নিঙোল চাওবী

পেস্কার—হুইদ্রোম নিঙোল চাওবী কনানো ?

চাওবী—সিদা লৈজরে ইবুংঙো।

পেস্কার—মপান্দা লৈহল্লুরো।

[ চপ্রাসীনা মপান্দা লৈহনখরে ]

প্রমোদ বাবু রাশকপীরো !

[ প্রমোদ রাশকপ্রে ]

জজ—করম করম তৌবা রারী লিয়ু !

প্রমোদ—কৌখিবা তাং ১৪।৭।৪৭ ইং নিংথৌকাবা নুমিৎকী নুমিদাংবাই ইনে চাওবীগীদা চংথোকচরমহ। ঐহাক কম্মাংদা বারদুনা ঙাহাক্তং পোথাজে, ইনে চাওবীনা কৈথেল চংখি। ঐনা রামনপ্রদুনা উরোন উরোন তৌথরকপ কান্দা নুপীমচা মণি অসি ফিংনা থাং অমা পাইদুনা চংঙকপা উই। ঐনা করিগো হায়দুনা হোগৎপা নংহৌদ্রিঙৈদা। মশিনা থাংনা হেকজা থিল্লি। অদুদগী ঐ করি থোকখ্রবগে হায়বা করিমত্তা অংখিদ্রে।

জ্ঞান তাদনা বাম্থত্রে। ঐনা জ্ঞান তারকপা মতমদি ঐহাক সিভিল হোসপিটালদা লৈরম্মে। অদুদগী ডসি বিচারগী লেপলিবা অসিনি।

জজ—চাওবী অসি নংগা কয়া লুনা তিন্নবা মরূপনো কন্নি মরমগীদমক চাওবীগী মযুমদা চৎপনো।

প্রমোদ—পিশক পিকডেদগী লৈত-লাইরা খংনরকপা লৈকাইগী ইনেনি। মহোইগী মযুমদা মঙানি মরক তরানি মরক্তা নোংমা ফাদোক কোইথোকউবা হায়বসি ঐগী অভ্যাসনি।

জজ—মুপীমচা অসিদি হান্না খংনবরা? অদুগা চাওবীগীনা কন্নি পোকই।

প্রমোদ—মুপীমচা অসি হান্না খংনদে। চাওবীগী মবুংনা পোকপী মমৌনি হায়।

জজ—চাওবীগীদা মুপীমচাসি লৈবা কয়া কুইরে।

প্রমোদ—তরামঙানিরোম শুরনি।

জজ—All right। তরামঙানিরোম অসিগী মনুংদা নহাক চাওবী-খোংদা কযারক চৎলি! অদুগা মুপীমচা অসিগা কদাই ফাওবা খংনরবগে?

প্রমোদ—মরিরক মঙারক চৎলে। ঐনদি মাবু ইনেনা তমন্নুনা কনানো কন্নিনো হায়বসি মুন্না খংলে! মহাক্না ঐবু খংভিরোইদ্রা হাযবসি মুন্না খংদে।

জজ—মুপীমচা অসিগা নহাক্না করম্না মুংঙাইনদবা মরম লৈ।

প্রমোদ—অমত্তা লৈতে।

জজ—মরি মশুারক উনবা অসিদা বা অমা কাওবা ভাংলদবা ?

প্রমোদ—ভাংনদে !

জজ - Accident থোক্লবা মুমিৎ অসিদা মুপীমচা অসি করি তৌদুনা লৈরমই ।

প্রমোদ—ইনে চাওবীনা চৎলমদাইদা থংনবা কাদা তুমই হায়রমই ঐদি উদে !

জজ—All right ! All right ! নহাক্কা চাওবীগা মুমিৎ অসিদা মুপীমচা অসিবু নি·শিংবা য়াবা বারি করি করি শাগৈ ।

প্রমোদ—অমত্তা শান্নদে !

জজ—All right ! All right ! অদুদি নংনা মুপীমচা অসি কদাইদা লৈবগে হংবরা চাওবীদা ?

প্রমোদ—হংদে !

জজ—অদুদি চাওবীনা করিগীদমক মণি ( মুপীমচা অসি ) থংনবা কাদা তুশ্মি তাকলমইবনো নংনসু হংদে হায়রি—চাওবীগা নংগসু মাগী মরিদা বারী তৌদে হায়রি—মণি অসি থংনবা কাদা তুমই হায়না নঙোন্দা য়াম্না special ওইনা তাকলমলিবা করিগীনো ? ঐনা নিংবদি চাওবীনা তুমলিবা মুপীমচা অসিগী মরি নঙোন্দা ফোংদোক্লবগী মরম অমত্তা লৈত্তে হায়না নিংই নখোই অনিনা মরম অসিদা হায়নবা অমা হাম্না লৈত্রবদি ।

প্রমোদ—চাওবীনা করি নিংজবা লৈবনো মাদু ঐ খংদে অদুগা ঐগীদি লৈত্তে ।

জজ—[ চিংনৈ ] মণি অসি হাম্না করম্না শাজৎতা লৈবা উই ?

হায়রবদি মচিংমশোম নাইবা, ভাওবা—কৈব্না মেজাজ লৈবা উবরা নত্রগা তাবরা ?

প্রমোদ—তাজদে, অদুগা ঐনা নোংমা নিনি উবা অসিদমু থোইদোকপা উদে।

জজ— All right [ য়াম্না কন্না মার্ক তৌই ] অদুদি করি মরমগীদমক মহাক্না ইথং থংহোদনা চংঙক্তুনা নহাকপু থাংনা থিনগনি। অদুগা নংদি উরোন উরোন তৌরবা মী অমনি। মহাকমকনি হায়না থংবগীসু মতিক চাবা করম্বা প্রমাণ পিনিংই। ঐনা মহাক মানবা কনাগুম্বা মী অমনি হায়রবদি।

প্রমোদ— মাদুদি মহাক্না করি নিংদুনা থিনবনো হায়বদুদি থংদে। অদুগা ইনে চাওবীনা চৎলমদাইদা মহাক তুমহোই হায়রম্বদে অদুগা মা মানবা মী অমনা চংঙকনা থাংনা থিনবা অদুগা মরম অনি অসিনা মহাকনি হায়বনি।

জজ— মণি অসি নত্তবা অতোপ্পা কনাগুম্বা মুপী নিপা অমগা নহাকপু নথরাহ ফাওবা হাংজবা য়াবা য়েংথিনবা কনা কনা লৈবগে।

প্রমোদ— লৈজদে।

জজ— চাওবী ! [ পেস্কারনা চপ্রাসীদা হায়দুনা চাওবী কৌরি, চংঙকালে রাশকহল্লে ]

করি। করি থংই।

চাওবী— নোংমা ইবুংঙো প্রমোদ অসি ঐখোইদা কোইরকই।

য়াম্না ৱারে হায়দুনা ঐগী ক্ষম্মাংদা ফক অমা থাদুম্না হিপহল্লমই। ঐনা কৈথেল চৎলি।

জজ— চৎলমদাইদা নং করি করি হায়রমই।

চাওবী— মশি, হায়বীসি থংনবা কাদা তুম্মি তাকচরমই।

জজ— মানা ইংলক্লগা তাকইবরা, হংদনা তাকইবরা ?

চাওবী— সুপী মচা অমা মতোমত্তা লৈহৌবদুদা চুম্না তাকচরম্বনি। প্রমোদনা হংদে।

জজ— সুপীমচা অসিনা মঙা তরানি নংগীদা লৈবদা প্রমোদকা নংগা মাগী মরমদা ৱারি শাবরা ?

চাওবী— কনানো ! কনাগী মচানো হায়বা মখৈদি তাকচে। থোইদোকপা ৱারি শাদে!

জজ— নংদি সুপীমচা অসিবু' করিগীদমক থমলিবনো।

চাওবী— খোংজোমদা লৈবা ইবুংগী মচানি। ঐগী মীরোন লৈজদে। চাকথোং ফোশু তৌহনজগে, অদুগা চাওরক্লবনিনা ইস্ফালদা মতা চাবা অমদা থাজগে হায়দুনা থমজবনি !

জজ— মমা মপা লৈরিবরা ?

চাওবী— মমা লৈত্রে, ইবুংদু লৈরি, হুইদ্রোম মুখো কৌই ?

জজ - ঙসি কারকপরা, সিদা য়াওরিবরা।

পেস্কার — মুখো—হুইদ্রোম মুখো য়াওরিবরা ?

মুখ— ননাই ঐ লৈজে।

পেস্কার— মুখো মপান থোকহনখরো !

[ মুখ থোকখরে ]

জজ— থাং অসি নংগী চুম্বরা ?         [ উৎলি ]

চাওবী— চুমই।

জজ— নং কদাইদা থনম্মি।

চাওবী— হৈরা খোক্লম্বদগী প্রমোদনা হিপপা কম অতুগী পুখুমদা লৈবা টেবল মথক্তা থনম্মি।

জজ— নংনা চৎপা কৈথেলদু করি কৈথেলনো! করি করি পোৎ লৈরকই।

চাওবী— শিংজমৈদনি। শাগ্নেং অচৌবা অমা মরু-মরাং, আলু, হয়াইমুগ সেয় অনি, মরোই মপাং থরগা লৈজরকই, মীয়োন লৈজদবনিনা মণ্ডানি তরানিগী লৈজরকই।

জজ— নংনা কৈথেলদগী হল্লকপদা কম্বা মতমদা কদাই থাইদা কনানা হায়তুনা প্রমোদ থাংনা শোকলে হায়বসি খংই।

চাওবী— মতমদি খংজদ্রে, মশ্মে। ঐনঃ মাংগোল দারী হেক কাবদা মথি অসিমকনা ঐনা মী হাৎলে হাৎলে হায়রতুনা লাওরকহ, ঐসু পাখৎখ্রতুনা ইমুং চেনশিল্লি।

জজ— নংনা লৈবা পোৎ অদুদি কদাইদা থনম্মি।

চাউবী—পোৎপু! নিপা অদুনা ঙনা লোখোং চেন্দুনা লৈরমতুনা পাখৎখ্রে। পাইরকপা পোৎসু মফম খংদ্রে, খাদব্রে।

জজ— অদুদগী করম তৌরে।

চাউবী—ঐসু কোইয়াও লাওরে। কনা কনানো মী পংজিনা তিল্লরে। অদুদগী খানা কনানা কোক্লবনো খংজদ্রে।